# প্রাপ্তি-অস্তি

(পৌরানিক কাব্য রূপক)

নাটক্



আই: এস: কাংজম




অইবগী অহমশুবা লাইরিক

অফোঙবা :
কে, নারায়ণ সিংহ
ঙাঙরেমথোং, ইম্ফাল

১বা থুংনম—১৯৬৮ আগষ্ট
মশিঙ—১০০০

মমল—লুপা ২'২৫
ওইকম্ থোক্পা হক্ পুম্বা অইবগীনি।

কংকম্ :
অইবা মশা অমদি ইম্ফালগী
মরুওইবা লাইরিক্ য়োনকমশিং।

নমকম্ : সরস্বতী প্রিন্টিং বার্কস, ইম্ফাল।



## ৮বোকুল্ সিংহ।

কোন্নৌ নোংমদোল্ থক্তগী
লৈচিল্ পোমায় হাংদুনা
খুৎথেংননা লৌবিয়ু
তোল্লবা নঙুনা কচ্ছবা
অচম্বা খুদোল্ 'প্রাপ্তি অস্তি' সে।

# "প্রাপ্তি-অস্তি"

লাইরিক অসি কাব্য রূপক্নি। মসিদা অইবনা প্রাপ্তি অমসুং অস্তি অনিগী চরিত্র উংনবা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবুসু শয়রপ্পা মওংদা অপাবশিংনা থঙ্‌ননবা হোৎনৈ।

প্রাপ্তি অমসুং অস্তি মপা অমতনা পোকপা মচিন-মনাওনি, অমসুং নিংথৌ অমতগী রাণীনি। অতুম ওইনমক মথোয় অনিগী পূক্‌চেলদি য়াম্না থীনা থেয়ৈ।

প্রাপ্তি বীর ক্ষত্রাণী অমা ওইনা মপুরোইবা অমসুং মপা হাৎপা শ্রীকৃষ্ণদা লমন থুম্নবা হোৎনৈ, অস্তিনা (ঈশ্বর নীংবী অমা ওইনা) শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈবীনি। মহাক্না শ্রীকৃষ্ণগী কত্তনবা অমসুং মায়য়োক্কী ওইবা রাকমদা পূক্নিং থগা তৌখিদে।

অসুম্না, মূপী অনিগী চরিত্রদা খেন্নবন্থ উংলি। শ্রীকৃষ্ণগী পুন্সি মতোল লোম্বা ফাউবদা প্রাপ্তি অমসুং অস্তি অনিগী চরিত্র উংপা তাবনি। মন্থ অইবনা কলম অসিদা শয়রপ্পা পুথোক্লুনা মপুংফানা উংলি।

মসিদগী ঐহাক্না আশা তৌই; শ্রীকৃষ্ণগী পাক-চাউরবা লীলাগী শয়রপ্পা (শরুক খরা) পুথোকপা 'প্রাপ্তি-অস্তি' হায়বা লাইরিক 'সিমক মণিপুরী সাহিত্যগী লৈচল অমা ওইগনি।

শ্রীকালাচান্দ শাস্ত্রী

(সেপ্তেম্বর ১০/৬৮ ইং)

প্রেসিদেণ্ট,

মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা, ইম্ফাল।

# খরদং

হন্দক অচমশুবদা কোওজরিবা ঐগী "প্রাপ্তি-অস্তি" হায়বা লাইরিক মচা অসি নাটকনি। কাব্যগী মওংদা ইজবা পৌরানিক য়ারীনি। মথুরাগী নিংথৌ মহারাজ কংসনা শিগ্রবা মতুংদা মাগী মহারাণী—প্রাপ্তি অমসুং অস্তি অনিনা ওইহৌবা ঙিভমগী য়ারী অহুনি, ঐনা লাইরিক মচা অসিদা উংচরিবসি। লাইরিক অসি তাং ২৮/৮/৬৬ ইং দা ইবা হৌজবনি, অহুগা তাং ১০/৯/৬৬ ইং দা ইবা লোইরে। অহুবু ইবা লোইবগা কোওদোকচবা ঙমজদবনা মতম থরা উপু মতুংদা লাইরিক অসি পোথাহঞ্জরে। হৌজিক কোওদোকচরকপা অসিদা লাইরিক অসিগী মশাদা অশোয়-অভাম কয়া য়াওরম্বা থেংনবিবা য়াই। মহু পুম্বা ঐনা ইনিংবগী নেশানা ভাওখিহুনা তৌগ্রবনি থনবিহুনা ময়াম্না ভাকপিয়ু।

লাইরিক অসি কোওদোক্নবা হোৎনজবদা মণিপুর সরকারগী মহৈ-মশিং লোয়নশঙনা শেলগী মতেং থম্না পীবিরকখি। অহুগা ঐগী মরুপ-মপাং কয়া অমদি মণিপুর নহারোল সাহিত্য সভা নসু ঐবু উৎসাহ পীবীখি অমসুং মতেং পাংবীখি। মসিগীদমক ঐনা

মহৈ মশিং লোয়শঙ, মরুপ মপাংশিং অমদি সভাগী মকমদা শিংঙমত্রবা লমন তোনশিঙ্গরে হায়বসি পুন্সি চূপ্পা কাওজরোই। লোয়ননা মণিপুরী সাহিত্যবু ফুংশিবীবা মণিপুরী পাঠক কয়াগী মফমদস্তু ঐনা নোম্লুপা উৎচরি।

তাং ৩১/৮/৬৮ ইং
রাধাষ্টমী

আইঃ এসঃ কাংজম

# মীশক-মীওই

নিপা ঃ—

১। শ্রীকৃষ্ণ .. ভগবান শ্রীকৃষ্ণ

২। কংস .. মথুরাগী নিংথৌ

৩। জরাসন্ধ .. মগধগী নিংথৌ

৪। দুর্যোধন্ .. ধৃষ্টরাষ্ট্রগী মচানিপা অহল

৫। শকুনি . দুর্যোধনগী মাম্মা

৬। শাদানবা ;

৭। দূত।

নুপী ঃ—

১। প্রাপ্তি . কংসগী মহারাণী অহল

২। অস্তি .কংসগী মহারাণী অতোনবী

৩। মনাইনুপী

শান্নবিনিংবশিংনা শান্নত্রিঙৈগী মমাঙদা অইবদা তাকপিরম্লগা 'অয়া-চে' অমা পায়বিয়ু।

—অইবা

# প্রাপ্তি-অস্তি

## অহান্‌বা তাঙ্কক

### অহানবা উৎপা

## মথুরাগী কোন্থুং

( কোন্থুংগী কা অমা ; নিংথিজরবা সনাগী ফাওবন্দা কংস ফমজুনা লৈ। )

**কংস**—হা হা হা…… ( ইশি শিনা নোক্তুনা )

অঙকপনি অঙকপা সংসার !

হা হা হা……

নত্তে, ওইথোক্তে ঙকপা

মথুরাপতি কংস ঐঙোন্দদি।

( ফুক হোৌগৎলগা ) অঙাং নাল্লা অপিশক

চাউদম শারেপ ফাদ্রিবা

ওরাংগী ঙখা মানস্থ

মিপাইহনবা শারি কংসবু ;

ওইথোক্তে, ওইথোক্তে। ( হঙ্গৎ হন্দা চৎপা )

নিংথৌনি ঐহাক,

কনাবুনো ঐনা কিগদবা ?

স্বর্গগী দেবতা খিবিকস্থ

কিনরি ইমিংতা তাবদা,

নিকলি থক-থক।
অতুগা—
অঙাং নাব্রা মহাক্তি
কিদবকো ঐবু?
পুতনা হাংগ্রবকো?
যমলার্জ্জুন যমলৈবাক য়োইহনগ্রবা,
অঘ-বকাসুর হাংগ্রবা,
মাঙহনগ্রবা ঐগী ধেনুকাসুর!
লাকওম ফাঙমত্রবা দৈত্যবু
ওমগ্রবা গোপ মচানা?
য়ানিংদে ঐ,
হাংকনি মাবু ঐনা।
হা হা হা......
দেবকী! বসুদেব!!
লানগ্রেদকো ঐ অসে
লুহোংবগী সুমিৎ অতুমক্তদা
নখোয় অনিবু হাংহৌদবা।
চাকলে ঐগী থম্মোই
নিঙমদ অশাও' মৈরীনা,
নিকলে থক-থক থম্মোইসে।
ইপা নিংথৌ উগ্রসেনবুদি
কৈশুম'সুংদা লংশিনবা ওম্লগা
করিগী ওমলোই অঙাং হাংপা

ইবুকথোকী ইচাসু নত্তবহুবো ?

(নাকন্দগী থাঙশাং শংলি।)

(উৎলগা) ইথৌ লাংলে ঐগী থাঙশাং,

গোপ মচাগী ঈ!

পীথক্কনি ঐনা।

হা হা হা......

(দূত চঙলকই।)

দূত—(মন্তক নোম্লগা) মহারাজগী জয়!

কংস—ওঃ দূত!

তমলো য়ারা নপাও,

য়ৌরক্তি বরা অক্রুর হৌজিক কাওবা ?

দূত—য়ৌরক্তি মহারাজ।

কংস—য়ৌরক্তি-য়ৌরক্তি ?

হা হা হা......

অক্রুর য়ৌরক্তি!

থঙলে ঐ,

কিরে গোপ মচাহু।

অত্থক পাঙদবা মানসু

তেমশিংনরিবকো কংস ঐঙোন্দা।

হা হা হা.........

নত্তে, শোয়দনা পুরক্কনি অক্রুরনা,

মহাক শোয়দনা লাক্কনি।

দূত!

ছুত— মহারাজ!

কংস—অক্রূর হেক য়োরকপগা
তমলো-লাও নপাও তন্দনা।

ছুত— সনা য়াথং! ( ছুত চংখি )

কংস—আঃ লাকচৈদকো,
উৎশিংমন্দেদা অপিখক।

( মহারাণী প্রাপ্তি চঙলকই।)

প্রাপ্তি—মহারাজ!

কংস—কনানো? ওঃ প্রাপ্তি!
ঐগী তালোয় মুংশিবী
জরাসন্ধগী মমোমলোই
তাঙনা শাংপী তথোংপী
লাও, চঙলকউ।
ওমচারুর' ঐগী থম্মোইদা
মুংশি লাঈজ খিকলো-লাও।

প্রাপ্তি—মহারাজ!
থম্মোই ওমচাক ওমশাওনা
ইশৌ অত্তুক লাংবিরিবা
মরম করিগীদমকনো হায়বিয়ু।

কংস—রাণী শককহেনবী!
লৈতাদরে ঐগী থম্মোই,
পুক্লিং মকা লামত্রে
নারা মাবু থল্লুবদা।

প্রাপ্তি—মহারাজ ইবুংঙো মুংশিবা!
করিগীদমক মকপগে সনা-মায়থোঙ ?
গোপ মচা মহাকপু
খন্দোকপিয়ু করিসু ওইদনা ;
মায়থিহনগদবা কনা লৈত্রবা
মহারাজবু ঙম্বা মতিকলা ?

কংস— হ হ হ হ...... য়ারা নপাও তাবদি
মুংশিদকো শকহেনবী,
খল্লি ঐসু অচুম্না।
অচুবু চিংনরিবদি ঐনা
লৌনম চাওইনে নিয়তিসে,
ঙকই মাগী থৌশিল
ওম্বাং-ওনশিন হৈ
হা হা হা......
খঙদেদা চান্নবী

প্রাপ্তি—চিংনবিনু মহারাজ!
লেঙপ্রিবা ইপু অক্রুর
হল্লকনি শোয়দনমক,
পুরক্কনি গোপ মচাদো!
নিঙবা থুংগনি মহারাজগী
কায়রোই ঐখোয়গী ধনুর্যজ্ঞ,
অয়োইবা আহুতিনি অঙাংদো।

কংস— উম, চুম্মী প্রাপ্তি।

রাব্রা অমত্তং চিঙ্গোইগে
তাও পাইমা খোয়ুজংনা।

প্রাপ্তি—তাকপিসি মহারাজ!
চিংন-পরৈ থম্বিসু,
ননাই হুপী প্রাপ্তিদা।

কংস— চিঙ্গোইগনি শোয়দনা
থমদে চিংন-পরৈ;
শরী শোল্লু অহানবদা
য়াগেতা হায়না ঐনা হায়বা।

প্রাপ্তি—ইপূরোইবা ওইবা নহাক্না
অথোইবা লাইনি লেঙজ্রবা
ননাই হুপী ঐগীদি।
য়াব্রা চিঙ্গোইনবিয়ু,
শরী পন্দোম লোমজব্রি—
ঐহাক ক্ষত্রিয় নিঙোননি,
থব্রায় অসে থাজগে
ইপুরোইবা নংগী য়াইফনবগীদমক।

কংস— সাবাস সতী!
নংতনি ঐগী চান্নবী,
নংদি সতীনি তশেংবা।
তাও, য়াব্রা চিঙ্গোইরগে—
হয়েং ইসুং ভাল্লগা
শোয়জ্রবনি লাম্থেংনবা মাগা;

ঐগী থৱায়না থাজে,
জয় ঐগী ওইগনি।
করিগুম্বা নিয়তিগী থৌশিননা
ভাগ্য লক্ষ্মী মমায় নৈশ্রবা
শোয়ত্রবনি ঐনা মায়থীবা।
করিগুম্বা মায়থীবতা নত্তনা
তাইবঙ চেংজেল লোইশ্রবদি
লমন থুম্নকউ নহাক্না;
মতুনি ঐনা পাম্বা।

প্রাপ্তি—সনায়াথং ইপূরোইবগী
ফিগাও শানা য়াজরি,
পুন্সিগী ব্রত ওইজরে
লমন থুম্বা হায়বতু।
চিত্তাগী পোৎলুম থাদোকপিয়ু।

কংস— সাবাস প্রাপ্তি!
সুংঙাইরে ঐ, পেম্নে।
নংতনি ঐগী শুপ্নগী।

প্রাপ্তি—তপথবিয়ু মহারাজ!
অৱা-তুরৈ চনবিন্নু।

কংস— খঙলে প্রাপ্তি!
চৎলো, পোথাজরুরো নং।

(প্রাপ্তি চৎখি, হুত চঙলকই)

হুত— মহারাজগী জয়!

কংস— করিনো দুত ?

দুত— অক্রুর থুংলরে মহারাজ।

কংস— অক্রুর থুংলরবা ?

দুত— থুংলরে মহারাজ !

মথুরা নগর চঙলকলে,

লোয়নরকই গোপ মচা অনি।

কংস— ফৈ, খঙহনগে কংস ইতিক।

যজ্ঞগী থৌরাঙ।

দুত— সনা য়াথং ! ( দুত চৎখি। )

কংস— হা হা হা......

ঐনা নিঙবা থুংলনি।

হা হা হা......

মরো তোবা লৌনম্বা

ইন্নুং তৈনা ঙাম্লগা

হয়েংগী কোরৌ দুমিন্না

লোইহল্লনি তাইবঙ চেংজেল,

পুল্সি ঈচেল থমহনগে।

হা হা হা......

জয় শিবশম্ভু !

জয় ভোলানাথ !!

হা হা হা......

( মহারাণী অস্তি চঙলকই। )

অস্তি— মহারাজ !

কংস— রাণী অস্তি !

ইনাক্তা নংনা লাকপদি

য়াৱা করি চিঙ্গোইনিংঙি ?

ঙসি কোরৌ সুমিত্তি

হরাওরো-মুংঙাইরো,

পুক্লিং পেন্না নোকলো।

হয়েং ইমুং ঙাল্লগা

য়েক্লবা লোইনা মাঙলনি,

ঐথোয়না নিঙবা থুংলনি।

কৃষ্ণ মাদা শিগ্রবদি

অতৈ অতোপপা অমমুক

মরু ইহুন তম্লরোই।

অস্তি— মহারাজ !

শোয়রে তাকপিরিবা য়ারাদো।

কংস— করি অস্তি ?

করম্বা য়ারা শোয়গ্রবা ?

অস্তি— মহারজ ইবুংঙো !

থনবিগনুকো ননাই মুপীবু লান্না

কংস— করিগী থনগনি রাণী।

চিঙ্গোইয়ুনে নৱাহৈ

ঐগী থম্মোইনা হরাওরিবৈ।

অস্তি— হে মথুরাপতি মহারাজ !

হয়েং ইমুং ঙানবগী

দেবকীগী মপারী কৃষ্ণগা
লাম্বেংনবা অসিদদি তোকপিয়ু
কংস— করি অস্তি ?
অস্তি— থৎন-শাওনবগী মহুত্তা
ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণ মহাক।
শান্নাইনবিয়ু কদোবগে ?
কংস— ( শাওরপ্পা ) শ্রী ? শ্রী ?
গোপ মচা মঙোন্দা
করিগী শ্রী তপকনি ?
অস্তি— নত্তে মহারাজ !
অশাও' পুক্লিং ফাথবিয়ু ।
কৃষ্ণ কৌবা ইবুংঙো
গোপগী শঙ্গায়দা চাওবসে
ভগবাননিনে ভগবান !
মথুয়া খাদা চঙজসি ।
কংস— ভগবান ! ভগবান !!
করিগী ভগবান ?
করিগী কৃষ্ণবু ভগবান ?
ঐনি ভগবানদি ·
হা হা হা……
অস্তি— মহারাজ ! মহারাজ !
তপথবিয়ু সনা পুক্লিং,
চিঙ্গোইবিগন্নু হায়হৈদবা মারা ।

ঙাকপিহৈবা ইবুংঙোনি,
চঙজসি মথুয়াখাদা মহাক্কী।

**কংস**—( শাওনা ) মতোইনরা অস্তি ?
ইচম্না পোকৃপা ঐগী য়েক্লববু
করিগী ভগবান্ ?

**অস্তি**—মহারাজ! শেরান্নরে রাথল্,
লঙ্জবদি শ্রীকৃষ্ণগী মফম্দা
ওইগনি ঐথোয়গী অমাঙ্বতা।

**কংস**—( য়াম্না শাওনা ) তুম্মিন্ লৈয়ু অস্তি!
নহাক্না চিঙ্গোইরিবা য়ান্নাদো
থঙ্লব্রা, তানিংদে নাপসিনা।

( কংস থুনা থোকৃখি। )

**অস্তি**—( নিঙম্দনা ) ওঃ তাবিদ্রবা ঐনা হায়জবা!
থওইবিদ্রবকো, অরেম্বদা তারবা ?
হায়বিরম্বী নারদ ঋষিনা—
"শ্রীকৃষ্ণ ভগবান্নি।"
মসিবু থাজবিদ্রবা ?
য়াবিগদ্রা ইচে ইবেম্মনা ?
কনাদা হায়জগনি ?
করম্না কন্গনি ইপুরোইবগী থরায় ?
হে ভগবান্!

( অস্তি থোকখি। )

---

২শুবা উৎপা

# মথুরাগী ক্ষোন্দুং

( মহারাণী প্রাপ্তিগী কা। প্রাপ্তি ফমুংদা ফিগু্না লৈ, মনাইমুপী অমা চঙ্লক্ই। )

মনাইমুপী—মহারাণী ইবেম্মা!

ননাও ইবেম্মা অস্তি

সনা থোঙ্লেঙ্লক্ই।

প্রাপ্তি—চঙ্হল্লক্উ অপন্বা লৈতনা,

ইনাওনা ইনাক্তা লাক্পবু

করিগী অমুক থিংলুনি।

( মনাইমুপী থোকখি। )

প্রাপ্তি—ইনাওনা 'নাক্তা লাক্পা

করিগীদমক্ ওইরিগবা ?

( অস্তি চঙ্লক্ই। )

অস্তি—ইচে ইবেম্মা মহারাণী!

প্রাপ্তি—( ফিপ্লম্বদগী হোগংলগা ) লাও ইনাও ইবেম্মা!

ফমৃলো-লাও ইচেগী 'নাক্তা,

য়ারা করি চিঙ্গোইনিংঙি ?

হায়য়ু চিংনদনা ইচেদা।

অস্তি—( মচেগী মনাক্তা ফম্লগা ) কররম্মা হায়রসিপে ইচে

ননাও ঐগী থম্মোইসে

তনিক্ তনিক্লে রাবনা।
হায়দবস্থ য়াদে,
হায়জরগা ইচেগী মকমৃদা
অরা' পোংলুম্ থাগে
খঞ্জহ্না লাকপনি।
প্রাপ্তি—হায়য়ু ইনাও সুংশিবী,
চিংনদনা চিঙ্গোইয়ু।
ইচেগী অরাবা ইনাওদা
ইনাওগী অরাবা ইচেদা
হায়দনা কনাদা হায়গনি।
অস্তি—হায়জরগে ইচে-ও!
হয়েং ইসুং ঙাল্লগা
থেংনগদবা লান্ শ্রীকৃষ্ণগা
অসিতদি তোক্হনবিয়ু ইচেনা।
হায়বিয়ু মথুরাপতি ইবুংঙোদা,
য়াবিদ্রে ননাওনা হায়জবদি।
প্রাপ্তি—করি হায়বা অস্তি?
লান্ তোকহল্লু হায়বা?
কৃষ্ণবু করিগী সুংশিহ্না
কন্গে থল্লিবনো নংনা?
অস্তি—করি রানো ইচে'বেম্মা?
হায়হৈদববু হায়রেনা।
ঋষি অথোইবা নারদনা

হায়বিরম্বা অশেংবা য়াম্রাদো
তাবিদ্রবরা করিনো ?
প্রাপ্তি—( সুংশা থিরপ্না ) করি হায়রবা ইনাও-ও ?
স্বর্গগী নারদ ঋষিনা
করি য়াম্রা চিঙ্গোইরম্বা ?
অস্তি—ইচে-ও। হায়বিরম্বীনে ঋষিনা
হন্দক্ লাক্লিবা গোপ'চা
কোলোয়না শ্রীকৃষ্ণ কৌবসে
বৈকুণ্ঠনাথ শ্রীবিষ্ণুমক্না
শাইওন্ শক্তম্ লাংবনি ;
ভগবান্‌মক্‌নি শ্রীকৃষ্ণসে।
ইবুংঙো মহাক্ অসিগা
হয়েং ইস্নুং তৈরবদা
হুয়েল্ লান্‌বু থেংনগদৌরিবা
থাম্বিযুনে ইচেনা।
প্রাপ্তি—ওম্মোক্পা মতৌনি ইনাও-ও !
নংগী পাইমা পুক্লিংদো
লাইমা থীনা হোরংলে।
নারদ হায়বা চিম্বীবা
থংনহন্নবগী থৌশিন্-থৌবুবা
মহাক্না হায়রবু থাজব্রা ?
করম্না পোক্‌নি লাইনবু
পাপ্‌কী মর্ত্ত্য অসিদা

অতৃগী শরুকপুদি ইনাও
নচেম্ ঐ রাহায়গে,
ইচিন্-ইনাও চঙ্ৎনা
ইপুরোইবগী মঙ্গোল্ ওইনবা
ইরাং থৌনিজসিনে বিধিদা।
থল্লুহু গোপ অঙাংতৃগী,
মাগুম্বা ওখা মহানবু
মতিক্ ময়াই লৈরবা
দৈত্যগী মবুংঙো পাঙ্গল্লবা
ইপুরোইববু ওম্বা মতিক্লা ?
হয়েংগী কোরৌ শুমিত্তা
য়াইবী থন্নার চুপ্লগদবা
গোপ মচা কৃষ্ণনি।

অপ্তি—নত্তে-নত্তে ইচেম্-ও !

লাল্লে হায়বিরিবা য়ারাদে।।
শেম্বিরিবা ইবুংঙো মহাক্নি,
লোইশিন্বস্ন মাগী মনিঙ্নি।
হয়েংগী কোরৌ শুমিত্তা
ছুয়েল লান্বু থেংনবনা
য়াইফরোই ইবুংঙো মথুরাপতিগী
ইচিন্ ইনাও ঐখোয়গী
সুহাগ মুৎপা নত্তনা
কল্ করি ওইগনি।

অহনা খাম্বিয়ুনে ইচেনা
হয়েংগী লান্ অসিতদি ।

প্রাপ্তি—পঙমল্লিদা অস্তি নংসে,
হয়েং শিরগদবনি অঙাংদো
লৈররোই ঐখোয়গী য়েক্লবা ;
ইপুরোইবনা য়েক্লবা হাৎপদা
থামলুনি ঐনা করিগী ?
ইপুরোইবগী য়েক্লবা নত্তবরা ঐখোয়গীদি ?

অস্তি—ইচেম্মা হায়বিরিবা য়াৱাদো
থাজবা ঙম্জদে ননাওনা ।
তিল্লাং অমুক্তং খয়োৎনা
পাইমা ৱাথল্ তৌবিয়ু
ননাওনা হায়জবা য়াৱাসে ।
হায়হৈদবা মক্তা হায়বিরে
ইচে ইবেম্মা নহাক্তি ।

প্রাপ্তি—( ফুক্ হৌগৎলগা শাওরগ্গা ) অস্তি! ইনাওনিকো নংসে,
হায়রি'মক্তদা হয়া হে
হায়হৈদে হায়না হিক্তোক্‌লে ;
প্রাপ্তি ঐ নচেনি,
ঐগী য়ারা ইল্লুকো ,
নিঙ্‌ৱবা ইপুরোইবগী আশাবু
নংনা থুগাইগে থৌরাংবা
নতিক নত্তে খঙ্‌ঙ্‌কো ।

নংগী হায়রজ' য়ারাদো
তানিংঙ্গে নাপ অসিনা,
চৎঙ্গো চৎলো ইবেম্মা।

অস্তি—( নিঙ্ বা কায়না ) ওঃ তাইওম্নরবকো তাইবঙ্ পান্!
কনানসু তাবিদ্রবা ঐগী য়ারা?
কান্নদ্রবা রারেম্ তারবা?
হে বৈকুণ্ঠনাথ ভগবান্!
নংগী লীলানিকো পূম্নমক্সে?

( অস্তি চৎখি। )

প্রাপ্তি—আঃ পঙ্ডিদকো অস্তি ইবেম্মা!
ঐগী ইনাওনিকো নংসে?
মীতোপ্ রাবু থাজ্রবা
রাথল্ ঈপাক্ থেল্মম্লি।
থাজদবগী কত্র' কুয়োম্না
কুপ্লবোই নংগী খম্মোইদো।



৩শুবা উৎপা

# মথুরাগী কোন্নুং

(কোন্নুংগী কা অমা। কংস তাঙ্‌বন্দা ফমন্নুনা লৈ। মহাবাণী প্রাপ্তিনা মনাক্তা যম্লপা সেবা তৌরি।)

কংস—ভরাই মমোম্ নিংথিবী
কংস ঐগী চাম্নবী
ভসি কোরৌ হুমিম্তি
হুমিংনিদো হরাও তয়াম্বা।
মপূং ফানা পাঙ্‌লনি
ঐনা লিংথৎপা ধনুর্যজ্ঞ।
য়েক্ক' ইহুন্ তম্নরোই
মরা ফংনা মাঙ্‌লনি;
মতম্ কুইনগী অনিঙ্‌বা
ভসি' কোরৌদ' ফংলনি।
হা হা হা ... ... ... (হরাওনা নোক্‌পা)
হায়ুম্ রাণী শকহেনবী
ঐনা শীন্‌বা থৌশিন্‌সে
থোইদাদবরা নংগী পাইমনা?

প্রাপ্তি—ইনিংথো-ও য়োইমরেন্
মধুপুরগী মপুও!
করি য়ারাবু চিঙ্গোইবিবনো?

ইনিংথোগী পাইমনা থোইদাবা
প্রাপ্তি ঐনসু থোইদাক্নে।
কংস—সাবাস, অচুনিদনা প্রাপ্তি!
ঐগী চান্নবা হায়বদো।
হা হা হা ... ... ...
ঙসি কোন্নৌ হুমিত্তি
পৃক্কিং মকা লাম,
হয়াও-তয়াম্ শান্নগে।
নোংঙাল্লম্‌দাই থবা চান্নবী!
নংগী নৌরবা নথুস্তো
তিংথোরকউ কদায় ঐঙোন্দা;
প্যালা থম্না হৈহনা
ইথৌ লাংলবা চীন্‌বানসে
রস পেন্না থক্‌হল্লু।
কাওঙমন্নবা নংগী রসদো
শীথকউ নংনা চান্নবী!
প্রাপ্তি—(য়ু হৈরেগা লানৃশিন্দুনা) লৌবিয়ুনে শক্তিক্‌লাই হুংশিবা,
থম্মোই পেন্না ফানবিয়ু।
ঙসি কোন্নৌ হুমিংকী
ননাও ঐগা লোয়ননা
হয়াও মতোল্ লোম্বিয়ু।
কংস—হা হা হা... ... ...
মন্থ নত্তে প্রাপ্তি!

পীগদবা নত্তে, ইনুগদবা।
তনৌরবা নথুং মচাহুনা
তনিক্ তনিক্ পায়রগা
চীন্বান্ তম্না পুখংলকই।
মচুনি ঐনা পাম্বা—
হা হা হা ... ... ... ...
( প্রাপ্তিনা মথুংনা প্যান্দা পায়রগা কংসবু যু পীথক্ ই।)

কংস—( ফুক্ হৌগংলগা ) সাবাস ! প্রাপ্তি সাবাস !!
হা হা হা ... ... ...

( দূত চংলকই।)

দূত—য়াইফবিয়ু মহারাজ !

কংস - হায়য়ু ঐগী দূত
য়ায়া করি চিঙ্গোইনিংঙি ?

দূত—হে মথুরাপতি মহারাজ !
থুদেক্‌খ্রে চাওরবা লিরুংদো,
চানুর-মুষ্টিক্ হাংখ্রে।
গোপ মচা অনিহুবু
লাম্বা পাবিনিংঙাই লৈত্রে।

কংস—( শাওনা ) করি দূত ?
পোক্‌পদগী তায়ক্তিবা য়ায়াবু
নংনা ওসি তাহন্‌বা ?
ওরাংগী ওথা অঙাংনা
পাবিনিংঙাই লৈত্রবা মল্

চাণুর-মুষ্টিক্ পু হাংপা ?
ওইথোক্তবনি, ওইথোক্তবনি।

দুত—মহারাজ!

কংস -( শাওনা ) চৎল্লো চৎলো দুত!
নংগী য়াবা তানিংদে।
ফত্ত' লৌনম্ হৈশিংবা
ওইদ' পরেং থৌশিন্‌বা
কংস ইত্তিক্ খণ্ড্রা ?
ঐনা হায়বা ইন্দ্রবদি
ঐগী থুংশু থাংলেম্বা
য়াইবী মাঙ্গনি খণ্ড্রহে।

( দুত তুমিন্না চৎখি। )

প্রাপ্তি—মহারাজ!

কংস—য়াণী শক্‌হেনবী!
নোক্‌উ, হয়াওরো-হুংঙাইরো ;
ঙসিগী মতম্ লাল্লরোই অমুক্
হা হা হা ... ... ...

( অস্তি চঙ্‌লক্‌ই। )

অস্তি—মহারাজ!

কংস—লাও, চঙ্‌লক্‌উ শক্‌হেন্‌বী!
থাজগুম্ হেল্লবা মায়থোঙ্
মোঘোন্ নোক্‌উ হয়াওনা।

অস্তি—মহারাজ!

কংস—ইঃ করিনো অস্তি ?
ঙসি কোরৌ হুমিন্তি
হন্নাও মথোই কাগদবনি,
পুক্নিং মকা লামৃগদবনি।
মতুদি নত্রে হায়রগা
ওন্ন-তৈন শক্তম্ লাং
করিগী মায়থোঙ্ থেগুম্ লাংশিন্নি ?
নংগী পাইমা পিবুক্নুং
করি হুংঙাইতবা লৈবগে ?
য়ান্না নপাও তম্মুদা।

অস্তি ইনিংথৌ !
ননাই ওইবী ঐহাক্ পু
য়োল্লবদা ঙাক্পিয়ু, লাল্লবদা কন্বিয়ু ;
ইমুং-মনুং ওইবগী
অতুক্ ব্রাতানঙবা
সনা নাপদা হাপ্পিয়ু।

কংস হায়দ হায়য়ুনে অস্তি,
ঙসিগী হুমিং অসিদা
করিবু লৈবগে ঐনা য়ান্নোইদবা।

অস্তি—ইনিংথৌ !
ঙসিগী হুমিং অসিদা
গোপ মচা অনিসিংগা
লাম্বা পাবা তোকপিয়ু।

কনৃবদা মপা লৈত্রবা
চাসুর- মুষ্টিক, হাংখিবা,
সনা নাকোং য়োবিক্রিবরা ?
অচম্ব মীওই নত্তে হায,
চঙ্জসিনে মফম্ লাংদা ;
ভগবানৃগী স্বয়ং অবতারনি।

প্রাপ্তি—( শাওরপ্না ) করি ইনাও ইবেম্মা ?
ইনিংথোগী সনা মাঙ্সিদা
অতুগুম্বা য়ারা অতুদি
অনিরক্ হন্না চিঙ্গোইদু।
নারা মাবু কিবনা
অসুক্ চাওরবা নিংথৌগী
থৌশিলবু থুগাইবা হৌনব্রা ?

কংস—মতুনি ঐনা পাম্বসু।
পঙ্ছিদকো অস্তি ইবেম্মা,
নচেম্না হায়বতু ইল্লুনে।
কিরুগনু অঙাং মচাহু,
ইপাম্বোম্ নাম থাঙ্গৎপদা
হৌতুনা চেনৃথিগদবা অঙাংনি।
পাইমা ফুংনাংবগী মহুত্তা
হরাও তয়াম্ লৈথোক্উ,
মঙ্নগন্নুনে নপুক্নিংদো।

অস্তি—( নিঙ্বা কায়না ) ওঃ করি মত্তৌনো ?

ঐনা হায়জবা অচুম্বা
রাকায় ওইনা থোল্লবা,
তাবিত্রবকো কনা'মস্তনম্‌ ;
অছুদি কনাদা হায়জগনি ?

(অস্তি থোক্‌খি।)

কংস—য়েংঙ্‌নে প্রাপ্তি !
নংগী ননাও অস্তিসে
পঙ্‌ব্রেদকো ওম্মোক্লস্‌ !
গোপ মচাবু ফিবনা
চেল্লুম্‌ চেঙ্গানরে মনিংদোন্‌

(ছুত চঙ্‌লক ই)

ছুত—হে মতিক্‌ ময়াই লৈরবা মহারাজ !
স্বর্গগী ঐরাবটতগীসু হেল্লবা
মচুম্‌ তানা কল্লবা
হিমালয় চীংজাওগুম্‌ চীংলেল্লবা
মহারাজগী শামু কুবলয়
হাৎব্রে গোপ মচানা।

কংস—করি ছুত ?
মঙ্‌লানুগুম্বা রাবু হায়রবা ?

ছুত—অচুম্বনি মহারাজ !
ননাইগী রাসি থাজবিয়ু,
গোপ মচাছুগী মতৌদো
ওক্তবা ওমুদে ঐথোয়দি।

অশাও' মায়থোঙ্স্নু উত্তে,
মোমোন্‌- মোমোন্‌তা তৌহ্না
পঙ্হাত্তা মহাৎলি লাম্বাতবু।
মাগী মতৌহ্‌ উবদা
ননাই ওইবা ঐথোয়দি
কিবনা চেঙ্গুম্ চেঙ্গানবে,
নিক্‌লে থম্মোইসে থক্‌-থক্‌।

কংস—ইয়া! করিগী কিবা?
(য়াম্না শাওনা) চাণূর-মুষ্টিক-কুবলয়
হাৎপ্রবস্নু মানা লোইনা
ঐবু ঙম্বদি ওইথোক্তে।
ঙসিগী মুমিং অসিদা
কৃষ্ণ মাবু হাৎলগা
যজ্ঞগী পুর্ণাহুতি কৎলগে;
মত্তুতনা ঐনা পেন্‌গনি।
হা হা হা … … …

(মথ্‌াঙ্দা য়াম্নিবা থাঙ্শাং ফৎ শক্তোক্লগা য়াম্না থুনা চৎথি, ত্তুতস্নু মতুং ইন্নথি।)

৪ শুবা টংগা

# মথুরাগী দরবার

( কংস য়াম্না ফিংনা মথূত্তা থাঙ্‌শাং পায়দুনা চঙ্‌লকই। )

কংস—কদায় কৃষ্ণ কোবা

কংসবু কিদবা অঙাংদো,

কৈদা লোৎলি হৌজিক্?

নপাজল্-নথৌনা নৈরগা

চোংথোরকুউ ইমাঙ্ অসিদা;

পঞ্চভূটনা শাবা হকচাংহু

মচেৎ-মচেৎ কল্লগা

যজ্ঞগী পূর্ণাহুতি পীরগে।

কৃষ্ণ—( মনুংদগী ) হে কঙাওনরবা কংস!

সিদা লৈ ঐহাক্।

কংস—কদায়দা লোৎলি নহাক্,

কিথি-কিরুম্ কৈদৌরি?

ইতিক্-নতিক্ থঙ্‌নরসি;

লাম্বা পারসি, চোংথোরকুলো।

কৃষ্ণ—( মনুংদগী ) মথুরাপতি মাম্মা!

ওয়রে থনূবিরিবা রাখল্‌দো,

চুংশিহৈত্রবা নরমূচং নহাক্তা

থাদোকপিরো ওসি কোরৌসিদগী।

য়েক' ইথিন্ চঙ্নবনা
তোংজবা করিন্ ওইরোইদা,
মহুৎ্না তৌবগী মহুত্তা
পুক্চেল্ খোইজেল্ ডিম্নবগী
অপুন্বা লৌচিংনা পুন্শিন্বিয়ো।

কংস—হা হা হা ... ... ...
করি হায়বা কৃষ্ণ?
অহুক্ কিসন্বা নহাক্না
করিগী তেম্শিংদি ঐডোন্দা?
কংস ইশক্ উবদা
নথৱায় মাঙ্গনি কিবমা
ইকম্ লাংদা চঙ্জবা।
হা হা হা ... ... ...
থঙ্ঙ্ পাঙ্দবা কৃষ্ণ!
প্রাণ্গী ভিক্ষা নিয়িবা,
মমাঙ্ চাগী মতমদা
অসি খোঙনি থঙ্হোত্রা?

কৃষ্ণ—(মখুংদগী) করি কংস নিংথৌ?
অহোইননা অখোই লাপন্ কাইনা
নঙোন্দবু ঐনা চঙ্জরা?

কংস—হা হা হা ... ... ...
অঙাং নায়া কৃষ্ণ!
বসু-দেবকীগী গর্ভদা পোক্খিবা

শজেম্বহা অঙাং শাহুনা
গোপগী শজায়দা লোৎলুবা
ঙসিদি মতম্ ওয়বোই।
নংগী যম্ ঐহাক্নি,
থুক্উ শেঙ্গো মী মচা।

কৃষ্ণ—( মঙ্গুংদগী ) করি কংস কৌবা কা-পুরুষ ?
নংগুম্বা কত্তবা মীসিবু
জগৎসিদা অতৈ লৈরিব্রা ?
মরাল্ লৈজত্রবা অঙাং কয়াবু
মমাগী মথাদগী মুন্দুনা
হাৎপা ওব্বা মীতম্বাল্ !
নপা নিংথৌ উগ্রসেনবু
কৈতম্মুংদা লংথরে হায়রগা
সিংহাসন্ মুন্বা ওম্লিবা।
হে পাপী কত্রবা !
নরম্চৎ চুম্মু য়ারবদি
সুংশিহুনা ঙাক্পিগে খন্বনি।
য়াত্রবনিনা ঐনা হায়বা
লাম্হেংনরসি ঐখোয় অনি,
লান্ওঙ্ করম্বা পাম্বগে ?
থাঙ্গী লান্ পাম্বরা,
ভাগী লান্ পাম্বরা,
মৈথায়নসি হায়বরা পদানা,

লিরুং তেম্না থেংনসিরা?
পুম্নমক্‌সি নত্রে হায়রগা
থুংলাই য়াওদনা পানসিরা?
খজো নংনা অপাম্বতা।

কংস—হা হা হা ... ... ...
মতুমক্‌নি ঐনা পাম্বসু।
নংগুম্বা নাম্নাগা লাম্নেংনবা
থুংলাই পায়বা হৌনব্রা?
শয়েঙ্‌-শয়েঙ্‌ ঙানসি,
পাম্বোম্‌-পাম্বোম্‌ থেংনসি,
মল্ল-যুদ্ধ তৌনসি।
চেন্দ-চেন্‌গমুকো নহাক।
হা হা হা ... ... ...
(মথুত্তা পায়বা থাঙ্‌ লংথোক্লম্লগা থুনা থোক্‌খি।)

কৃষ্ণ—(মনুংদগী) হা হা হা ... ... ...
লাও কংস!
থঙ্‌জরো ঐগী ইত্তিক্‌

কংস—(মনুংদা) হা হা হা ... ... ...
থঙ্‌জো কংসগী ইত্তিক্‌স্রু।

কৃষ্ণ—(মনুংদা) হা হা হা ... ... ...

কংস—(মনুংদা) হা হা হা ... ... ...
আ ... আ ... অ ... হ ...!

কৃষ্ণ—(মনুংদা) হৌজিক্তি কমদোই কংস?

নয়ান্‌না নপোং ক্যয়রক্ল
কর্ম্মগী ফল্‌ কংলেদো।

মীয়াম্‌—( মহুংদা ) ভগবান্‌ শ্রীকৃষ্ণগী জয়।

( কৃষ্ণ চঙ্‌লক্‌ই। )

কৃষ্ণ -ইখো পাঙ্‌লে হৌজিক্তি;
অহবু অয়াবদি
রমনী কয়াগী মীংয়ায়া
পিয়াঙ্‌ ঈচাও থোক্‌য়রে।
অসিগুম্বা সংসার অসিবু
তুংঙাইবনি হায়সিগে ক্যয়া।

( মথুরাবাসী অমা চঙ্‌লক্‌ই )

মথুরাবাসী—প্রভু। খুয়মজরি নয়াইনা,
ইবুংগো নহাক্কী কৃপানা
অয়া' ঈপাক্কি কোক্কুচরে।
অহবু—
হাঙ্‌লে মথুরাগী সিংহাসনদি
নৈবাক্‌' নিংথৌ পাত্রে।
তোয়বা নমাই ঐহাক্‌লে
মীহংনি মথুরা প্রজাগী,
লেঙ্‌বৎপিয়ু সিংহাসন 'থাক্কা
নৈঙাক্‌ য়ায়েল্‌ পায়বিয়ু।

কৃষ্ণ—( য়োমোন্‌ য়োক্কচনা ) নত্তে চাময়বা মরুপ্‌।
অহয়া হায়পাবা নত্তে।

খোয়রাংগনু নখোয়গী নপুন্নিং,
করিগী হাঙ্গনি মথুরাগী তাঙ্খন্?
নৈরি উগ্রসেন্ কৈশুম্শঙ্দা,
মাবু লোথোক্লরে হায়রগা
সনা কম্বাল্ লাংহন্গদবনি।

মথুরাবাসী—থক্তনি হে প্রভু! (থোক্খি।)

(প্রাপ্তি মশম্ মনা ইকা কায়থনা অঙাওবীগুম্ চেল্লক্ই।)

প্রাপ্তি—ভাইখো কৃষ্ণ!
কদায়দনো নংনা চেন্গদবা?

কৃষ্ণ—করিনো ইমা,
করি তাক্পিগদবা নচাদা?

প্রাপ্তি—ঐতোম্দবু ইমা।
হা হা হা ... ... ...
নংবু কৃষ্ণ?
জগৎকী মপুনি হায়বদাই,
মসিরা নংগী লীলা?
হা হা হা ... ... ...

কৃষ্ণ—ইমা! করি মতৌনো ভৌবিরিবসিবু?
চময়রে নচাগী রাথল।

প্রাপ্তি—(শাওনা) করি কৃষ্ণ?
ইমা কোলোয় তম্লগা
থম্বোইহুংদা হৌরিবা থাবীনে

মুৎকদবোই নিঙম্রা অপঙ্‌বা ?
মী: জগৎকী মপু ওইরগা
করিগী ঐবু লাক্লরি ?
কৃষ করি ইরাল্‌ লৈহ্রনা
লুপ্রাশীংদা ঐবু চল্‌হল্লি ?
ইপুরোইবা ওইবনা কন্দ্রগা
সতী ওইবী মুরাবু
করিগী মৈচাক্‌ পীরিবা ?
হায়য়ু কৃষ্ণ,
নং অসিবু দয়ানিধিরা ?
মথু: ভগবান্‌গী শাইয়োন্‌ ওইরবদি
অসুক্‌ পুক্‌চেল্‌ কন্‌গস্রা ?
থঙ্‌ই ঐ,
লোনম্‌ চাওবনি নহাক্‌।
ঙসি ঐবু ঙৌরিবা
থাম্বী মৈরী অসিনা
অহিং সুংথিল্‌ নাইদনা
চারুসত্রু নংগী থম্মোইদু
নপুক্তি চ্‌প্‌পা মুৎ' নাইদনা।
মথুরাগী রাজ-সিংহাসন্‌,
নংনা শেম্‌গৎপা জগৎ
কৃষ্ণ পূম্নমক্সে তুম্না চারুবা
সতী ওইবী ঐহাক্লা

থাম্বী-মৈবু হোগৎকে ;
নমীৎ থীৎনা য়েংজোকো।
মায়কৈ মায়কৈ থুদিঙ্‌দগী
হোৱকপা লানৃগী মৈথুনা
নোংমদোন্‌ অতিয়া মমৃহন্‌গে।
ঐনা ওসি কপ্পপুম্‌
তাইবঙ্‌ কয়া কপ্‌হন্‌গে ;
ইঙ্‌লবা মালেম্‌ লৈমায়সে
প্রলয়গী শক্তম্‌ ওল্‌হল্লগে।
নংনা কন্‌বা ওন্নগা
কঞ্জো নংগী জগৎসে
সতী ঐগী ইথুক্তগী,
ঐনা তৌবা অভিশাপতি
লেয়া মাঙ্‌বদি ওইরোইকো।
কৃষ্ণ কৌবা নহাক্‌সু
অরা' চৈনা ফংহুনা
পুন্সি মতোল্‌ লোম্মুকো।
ওসি ঐওোন্দা শিম্মৱিবা
মীৎলু নাপোমৃগী ঈরাসে
অচৰা ঈৱা নক্তেকো।
ঈৱাসিদগী থোৱকপা মৈরীনা
চাক্‌থেক্তনি নংগী থম্মোই,
তাইয়ু মতম্‌ অহু।

হা হা হা ... ... ...

(প্রাপ্তি অঙাওবীগুম্ চেম্বোক্থি।)

কৃষ্ণ—হে ইমা! সতীনি নহাক্তি
সতীগী কল্লবা অভিশাপ্
লেম্না মাঙ্বা ওইরম্লোই;
কৃষ্ণ ঐগী থম্মোইনা
চিংন-থুম্লো থাংদনা
লোরি নংগী অভিশাপ্,
নিঙ্লিবদো শোয়দনা থুংগনি।
অতৃপ্ত ইমা—
সতীগী মীংকী ঈরাদি
থাংঙ্থক্তা মাঙ্ফরোই;
তাইবঙ্পানৃগী লীলাসে
মওং অমা তৌরনি।

---

ꯁꯨꯕꯥ ꯎꯄꯥ

# মগধগী কোন্নুং

( কোন্নুংগী কা অমা। জরাসন্ধ হন্দং-হন্দা চত্তুনা লৈ। )

জরাসন্ধ—হা হা হা ... ... ...

ঐমুক্ নুংঙাইবা নিংথৌদি
লৈরিগদ্রা জগৎ অসিদা ?
ইনিঙ্ তৌনা হাইহৌবা
তৌগে মক্তা ওন্নবা
থিংবিনিংঙাই কনা লৈত্রবা
জরাসন্ধদি ঐহাক্নি।
ইমাক্ নিংথৌ কংসনা
মথুরাগী মিংচৎ যুম্নীনি।
হা হা হা ... ... ...
কনা লৈ ?

দূত—( চত্লক্লগা ) ননাই লৈজে মহারাজ!

জরাসন্ধ—ওসি কোরৌ হুমিত্তি
পাইমা পিবুক্ হন্নাওই ;
পুক্লিং মকা লাম্থোক্কে,
জগোয় থুৎথেক্ থেংঙনা
বাংলেন্ অসে লেম্থোক্কে।

রাজ-নর্তকী 'নাক্তা চত্তুনা
ইপাও অসি পীরুচো,
তম্দনমক্ খোঙ্দোই হল্লক্উ
পাওদম্লুচো তম্ব-ও !

দুত—সনা য়াথং !

(দুত চংখি।)

জরাসন্ধ—মুংঙাইদা ঐগী পুন্সি !
নিংথৌ মচাগী মপোক্তা
পোক্পগী মুংঙাইবা হায়বদো
অসিনিকো তাইবঙ্পান্ !
ইপাম্বোম্ পাঙলগী মপান্না
য়ুমথংনবা লৈবাক কয়াবু
ইথা থান থম্লেদো ;
থুংলেদো ঐনা নিঙবমথৈ।
সিদগী হেন্না মুংঙাইবা
অতোপ্পা করি লৈরিগবা ?
হা হা হা ... ... ...

(দুত অমুক চঙলকই।

দুত—মহারাজ !
মথুরাগী মহারাণী ইবেম্মা
নজা ইবেম্মা প্রাপ্তি
শম্লাং ইফা ফা
মীৎস্না ঈরা হৌ

চরৈ নম্‌থাং মকম্ খঙ্‌দ
অঙাওবী মূরাগী মতৌগুম্
খোঙদোই তান্না হল্লক্‌না
ইনিংথৌবু উন্নগে হায়জরকনি।

জরাসন্ধ—করি হায়বা দুত?
ঐগী ইমোম প্রাপ্তিনা
অরা' তুরৈ চন্
অঙাওবী' শক্তম লাং
মগধ কোন্নুং তম্না
খোঙদোই ইচুন্ তম্নকপা?

দুত—অচুম্বনি মহারাজ!

জরাসন্ধ—ইমোম ওইবী মহাক্না
মপাগী 'নাক্তা লাক্লগা
করিগী মখোঙদা পল্লিবা;
চঙলকউ হায়য়ু থুনমক।

(দুত চৎখি।)

প্রাপ্তি—(চঙলক্লগা) পাবুং মহারাজ!

জরাসন্ধ—(মুন্না য়েংলগা ওক্লা) ইপাগী ইমোম প্রাপ্তি!
ওসিগী মুমিং অসিদা
ইচানা তৌরকলিবসিবু করিনো?
ইপাদি ওকপনা থমথেংলে।
মগধ নিংথৌগী মমোমলোই
মথুরাগী লৈমরেন্ মহাক্না

ফিভম অসি ওইহ্নুনা
কন্নিগীদমক লাকলিবা ?
অহ্নগা—
ইপাগী 'নাক্তা লাকপবু
স্নথোঙদা অমুক পন্দুনা
করিগী য়াথং ঙাইন্নিবা ?
ননাই নশল্ মথৈনা
কদায়দা ওস্না লৈহৌরবা ?

প্রাপ্তি—পাবুং মহারাজ !
নমোম ওইবী ঐঙোন্দা
লৈমরেন্ কোলোয়নবিগ্নহ্নু,
লম্বীগী চান্নিবী ওইরবীনি।
অঙাওবী শক্লোন্ লোরবী
তোল্লবী অমা ওইরবনা
সনা য়াথং য়াওদনা
মমাঙ চাগী মতৌগুম
ইনিঙ তৌবা ঙমত্রে :
ন্নারৌবিগহ্নু পম্বো-ও !

জরাসন্ধ—করি য়ান্নানো ইমোম ?
থাজদ' ওইথোক্তবা য়ান্নানা
ইপাদা নংনা চিঙ্গোইন্নিবা
লংলা লংজিন কাংঙ্‌লা,
ঐগী ইমোম প্রাপ্তিনবু

করি য়ায়ম লৈহ্না
অয়া' ঈরৈদা ঈয়াক্না
মায়থোঙ খেগুম লাংলিবা ?
চিংন-পয়ৈ থমদনা
নপা ঐঙোন্দা তমথোকউ,
পুক্লিং কিশি কিগন্নু।
ইমাক নিংথৌ কংসনা
ইমোম ওইবী নহাকপু
উশিং থওইদ্ তৌব্রা ?
ঙম্মী হায়বা মতাগুম্
তাম্থোকপ্রা ইমোম নহাকপু
য়ায়া নপাও শেংদোকউ,
ইমোমনা করিগী য়াগনি
নপা ঐ লৈরিনা।
ইচাই থম্মোই মুংঙাইহন্ত্রিবা
তম্বা নিপা মহাক্তো
ইমাক কংসনু ওইসনু
চাইন-খোঙত্রেন্ হানগে,
হয়েন্ লানশিঙলুগে ইপানা
জরাই পান্দল হন্ত্রি ;
তমথোকউনে ইমোম ইপাদা।
প্রাপ্তি—পম্মৌ !
জরাসন্ধ—আ তমথোকউনে ইমোম

মথং-মথং ইপাদা

প্রাপ্তি—ইপা ইবুংঙো!

নমোম লাইবক খীবীনী

য়াব্রা ইপাও অসিবু

করম হায়না চিঙ্গোইহনা

ইরৈ অসি খংলসিগে,

মথুরাগী য়াইফ কোয়োহনবা

মতম চুপ্পগী য়াত্তাফম

ঈয়োম্নুংদা লুপথ্রেনে।

জরাসন্ধ—করি হায়বা ইমোম?

য়াহৈ কিশি কিহনা

প্রমাণ পাম্বৈনগনু।

করি কমদোয়বা মথুরাদা?

প্রাপ্তি—ইপা ইবুংঙো অপোকপা,

নচা লাইবক চাওবীদি

নহান মুক্তী মপোক্তা

ইপোক লাংওন ফয়কপনা

হন্দক্কী মপোক অসিদা

চহি মতাঙ নৌরিছৈ

লুপ্রা ফমথোন ফংলেদো।

কং' নাইত্রবা মীৎকী পিনা

ঈচেল নাইনা চেল্লেদো।

জরাসন্ধ—( গুক্কা ) করি ইমোম?

করি করম্ তৌহ্না
ইমাক্ কংস লৈত্রবা ?
ঐগী য়েংথংবা পাম্বোম্বু
খাংঙ্থক্তা কেল্লবা ;
মঙ্লাক্লরেনা ভাইবঙ্দা।
হায়য়ু ইমোম্,
ইমাক্পু কনানা হাংপগে ?

প্রাপ্তি—পম্মো।
যত্থু শাগৈদা পোক্পনি,
দেবকী-বসুদেবগী মপারী
শঙ্খেমহা শক্লোন্ লৌত্থনা
গোপগী সঙ্গায়দা লোংলুবা
কুচু মুবা লৌনম্বা
কোলোয়না কৃষ্ণ কৌবনা
ধনুর্যজ্ঞ য়াওবা লাক্পদা
মথুরাগী মিংচং য়ুম্থীদো
মন্না কংনা ফুক্তুংপনি।

জরাসন্ধ—মথুরাগী সিংহাসনদি হাঙ্লবা ?

প্রাপ্তি—হাঙ্দে সিংহাসন্ অত্থদি,
হন্নুবা উগ্রসেন্ মহাক্না
সনা ফম্বাল্ লাংখরে।

জরাসন্ধ—উম্ ইপা খঙ্লে ইমোম্,
মথোয় মশেল্ লৌতুনা

থোক্‌প্রবা থৌদোক্‌নিদা
মাঙ্‌লম্‌চৎকীদি ওইগ্রে,
ভুংদা ওইগদবা ফিভম্‌দি
ইপাগী থুক্তা লৈরেকো।
ইচাগী থোংলবা থম্মোইা
কল্লবা তাশোন্না থিল্লিবা
কৃষ্ণ হায়বা মহাজ্যো
য়াইবী চায়গনি ইপানা,
ইমাকী মঙ্‌শৎ তানুগনি
ওসিমক্‌ হেক্‌ তম্দনা
মথুরা তান্না চত্তুনা
হয়েল্‌ লানুশিংলুগে ইপ
অত্থুগা ইমোম্‌—
ননাও হুপী অত্তিদি ?

প্রাপ্তি—ইনাও অত্তিগী য়াকম্‌দি
পঞ্জনিংদে নমোম্‌গী ইচা
মাগী মতৌ অসিদি
সনা ফুদোংলবা বংসগী
মর্য্যাদা ময়েং তাবনি।
জরাসন্ধ ইপাগী মমোম্‌গি
ঐমক্তী ইনাওনি হায়বদা
ইমায় থীনবা থবক্তা
ইনাও মানা তৌহৌরে।

ইপুরোইবা হাৎপা কৃষ্ণ
পাপ্‌চেন্নবা নিপা অদুবু
দেবতানি হায়না খন্দুনা
মাপী মিংথৈতা শোন্দুনা
চরন্‌ সেবাতা তৌদুনা
মপুন্সি অদু লেল্‌হোরে;
তৌবশাইনে পূজাকাসু।
ঐনা অদুক্‌ য়া-হায়বা
মচেন্নি হায়বশী করিগুম্বা
নাপদা ক্নাও' হাপ্‌পিদে।
কন্না হায়দ হায়শল্লুরা
চীন্‌কেন্‌ কনা খুন্নকই,
ওন্থোক্‌পা মতৌনিদা পন্থোও।

জরাসন্ধ—(য়াম্না শাওনা) ইয়া, ইমোম্‌ মানবু?
জরাসন্ধ ঐনা পোক্‌পা
ইমোম্‌ অস্তি মানবু
মপা ঐনা য়ারোইদবা
মাইয়োক্না থবক্‌ তৌরিবা?
মপুরোইবা হাৎপা কৃষ্ণবু
লাইগুম্না পূজা তৌরিবা?
অচ্ছা! খোইশাওইদকো পাইমসে।
ইমায় থীবা থবক্‌পু
ইমোম্‌ মানা তৌবকো;

ইপা ইপু হাক্তক্
মাঙ্‌লম্‌চৎকী মতম্‌দগী
তারক্ত বা তাহৈদ্রবা য়ান্নাবু
ঙসি ঐনা তারবা,
ইহাক্‌থক্তা থোক্লবা।
হে সত্য শরীসো,
থম্মোইসে পৃ-পৃ শাওগৎলি।
ইপাগী প্রাপ্তি!
নংদনি ইচা ইপাগী,
মতিক্ চারবী ইমোম্‌নি।
শিগ্রে ঙসিদগী অস্তি,
ঐগী ইমোম্ অস্তি
ঐগী ইচা নত্রে।
ঐগী ইমায় থীহন্‌বা
মাগী য়ান্না তাররোই,
ইমোম্ হায়না কৌররোই।
মানা লাইনি থল্লিবা
কৃষ্ণ হায়বা মীহাৎপদো
মতুপ্ মতুপ্ কক্তুনা
ঐনা শোয়দনা হাৎকনি।
নোংঙাল্লম্‌দাই থবাগুম্ ঙাঙবী
শীঙেল্ কেতুকীগুম্ লৈনম্‌চাওবী
ইচাগী মীৎকী ঈরা

ইমাক্কী লমন্ থুম্লগা
ইপানা শোয়দনা কংহন্গনি,
রারুরম্থু ইমোম্ ।
ঙসিমক্ লাম্বোঙ্ শীন্গনি,
চংকনি মথুরা তাম্না ;
মায়কৈ শলাই খঙ্হল্লোই
থক্ থক্ নিক্হন্গনি মালেম্সে,
কৃষ্ণগী মকোক্ কল্লগা
ইমোম্গী থুম্বা শিন্নগনি ।
হা হা হা ... ... ...

---

৬ শুবা উৎগা

# মথুরাগী কোন্থুং মন্থুং

(ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ সয্যাদা নাক্চেপ্লনা মোম্বা থুংনিঙ্না শৌরগা হিপ্তুনা লৈ।)

কৃষ্ণ—অঙকপনি হে মহামায়া!
মতম্গী ঈচেল্ অকন্‌বা
মচীন্ ফাংনা চেল্লে,
কদায়দা করম্না তিন্গদৌরিবা ?
মাম্মা কংস হাংলুরে,

ইনে ইবেম্মা প্রাপ্তিনা
অশাও' থাদ্বী হৌরকৃপনা
লমন' মৈথু মক্তনা
মায়কৈ মরি মম্‌শিল্লক্‌লে।
মপা নিংথৌ জরাসন্ধনা
মথুরা নগর নৈররে,
ইঙ্‌লবা পৃথ্বী লৈমায়সে
অসুম্‌ নোংমা নোংমগী
ভৈরবী শক্তম্‌ লৌরক্লে।
অসিগুম্বা দৃশ্য অসিবু
ঐবু অসুম্‌ য়েংহনা
লৈথিগত্রনে কয়াম্‌ কুইনা।

( অস্তি চঙ্‌লক্‌ই। )

অস্তি—ইবুংঙো, দীনবন্ধু।
লেঙ্‌খৎপিরো সয্যাথক্তগী।

কৃষ্ণ—( হিপ্নস্বদগী হৌগৎলগা কম্‌হনা ) লাইবক্‌ থীরবী ইনে,
ঙসাই মথৈ নংবু
চৎলুবগেনে লম্‌দম্‌ কৈদা ?
ঐনা কৌবা লাক্‌পকা
তাবা কৌবা মরৈভে।

অস্তি—কদায়দবু চৎকনি ইবুংঙো!
জগৎকী প্রভু নহাক্কী
লেংলবা থুয়া থব্বাল্‌দা

পুক্চেল্ শেংনা কৎচনবা
শীড়েল্ হেক্পা চৎলুবনি।

কৃষ্ণ—করিনোনে ইনেও!
নংদি ঐগী ইমানি,
মমা ওইবী নহাক্না
অহুম্না হায়হৈব্রনে মচাদা?
ইমাগী চরন্ থাহ্‌দা
নচা ঐনহুম্ চঙ্জগদবনি।

অষ্টি—হায়বিগনু অহুম্না ইবুংঙো,
ওম্-তৈম্নবা না হায়হুনা
ঐবু ইরাল্ লঙ্শিন্‌বিগনু;
মতম্ লৈবা খিবিক্তা
ইবুংঙোগী পেম্নবতা হোবনজবদা
করম্বা পেন্দবা য়াওহুনা
করেম্নবিরিবা ঐহাক্পু?

কৃষ্ণ—করেম্নবা নত্তেনে ইনে!
পলেম্গা লেংমাম্নরবী
মাম্মাগী ভালোয় নহাক্না
নচা ওইবা ঐঙোন্দা
অহুম্না ভোবা হোনব্রা?
মাম্মা হাংখি হায়বগীদমক্
করেম্নবা নাহৈ অহুনা
ঐবু লমন্ থুম্লিব্রা?

অস্তি—নত্তে-নত্তে ইবুংঙো!
রাখল্ অহু ওন্নরে।
নঙোন্দা ঐনা চঙ্জবদি
জগৎকী মপুনিদো নহাক্তি,
নংগী নথুয়াখাদা চঙ্জদ্দনা
চঙ্জগনি কনাগী মফম্দা?
ঐনা হায়জগদবদি নঙোন্দা
নংগী মায়থোঙ্ নিংথিবহু
পুক্সি মতোল্ লোম্বা ফাও
তত্তনা উজবা পীনৌকো।
কৃষ্ণ—ইনে, হায়রক্খিদৌরি নংদি য়াম্না
তোক্লসিদা রাক্ষম্ অসি,
শাওগন্নুকো নচা ঐবু।
অস্তি—করিগী শাওগদগে জগৎবন্ধু!
ইবুংঙো নংদা শাওবিন্নু:
ইচেম্ ইবেম্মা প্রাপ্তিনা
লান্গী মৈবু চূথৎলেদো,
ঐবু পোক্পা পাবুংনসু
লান্দারক্লিদো মথুরাদা;
ঐগী মী মক্তনা
ইবুংঙো নংবু ওৎলিদো।
কৃষ্ণ—এ: মতুগীদমক্তরনে ইনে?
ঐদি থন্বু থন্দেদা।

লম্লাল্‌লিবদি ঐনিনে ;
মরাল্‌ লৈজত্রবী রমনীশিংবু
মপুরোইবা ফত্তে হায়ত্রনা
নূপা হেক্‌ ওইহল্লরে,
খল্‌হৌত্রেদো তুংগী ওইরক্তদবা ।
মরাল্‌ লৈতে ইনেম্‌হনুপী
মপুরোইবা কায়ন-মৈচারা
অশাও' থাম্বী হৌবনি
মাগী কল্লবা অভিশাপ্‌
ঐনা হয়াওনা য়াত্রবনি ।
ইনেনা হৌবা মৈঙনা
ঐগী হকচাং পূম্বসে
নোংমদি শোয়দনা চাক্‌খেল্লগদবনি ।
অতুগনে ইমা—
অঙক্‌পনি নংগী থম্মোইদি
খাগত্তনা তুমিন্না লৈঙম্‌দে ;
নংনা নিঙ্‌বা মথেম্‌
নচা ঐনা থুংহন্নুনি ।

অস্তি—হে প্রভু !
মংতনি ঐনা পাম্‌জবা ।

কৃষ্ণ—ইমা. শক্লবী ইনে !
মগধদা চংনিংঙি হায়রবদাই ?
চংলু ঐনা খাম্‌দেকো,

ঙম্লগদি মুথৎলম্মু নংনা
ইনে প্রাপ্তিগী মৈরীসে ;
শাওগন্থু হায়না হায়বিয়ু
থেম্জিন্নম্মু নিংথিজনা জরাবু।
ঐমক্ হেক্ চৎপদি
শীং য়াঙ্বগুম্ থোক্কনি।
ইনে নংনা তোংনবা
ঐনা রথ থৌরাংগে,
ঙসিমক্ তন্দনা খোঙ্শাল্লো।
অস্তি—নহাক্কী থৌজান্নি ইবুংঙো!

---

৭শুবা উৎপা

# মগধগী কোন্নুং

(কোন্নুং মনুংগী কা অমা। জরাসন্ধ অশাওবা শক্লোন্ লৌহুনা লম্য়ায়দা হন্থৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ।)

জরাসন্ধ—কোরৌ শিংবুম্ য়াম্লক্লে,
অহুবু ঙসি ফাওবদা
ইথৌ পাঙ্বদি ঙম্ত্রি।
শরী পম্দোম্ লোম্থিবা
কায়হুনবু তোল্লগত্রা ?

ঐগী ইমোম্ প্রাপ্তিনা
মপুরোইবা কায়ন-মৈচাক্না
ওন্-থোইনা থাঙ্হুনা
অঙাওবী' পান্দম্ লৌরিবা।
মনাও ইমোম অস্তিনা
মপা ঐবু হুলান্দুনা
শারম্চৎ মাঙ্ওইনব্রবা।
মপুরোইবা হাৎপা নিপাহ্রবু
ভগাবান্‌মক্তি খন্দুনা
পুজা তৌহ্‌না লৈব্রবা,
জরাসন্ধগী মিংচৎ থীহল্লবা,
অচচ্চা লাকচৈদা।
লমন্ থুমদ্রি ঐ ইমাক্কী,
ঐনা কৃষ্ণ হাত্রি।
ইচাগী মীৎকী পি
কংহনবা ঙমদ্রিকো ঐহাক।
উম্ কদায়দনো কৃষ্ণ
কোয়লোৎ লোত্তুনা থাঙগদবা!
ঐনা হাৎকনি কৃষ্ণবু,
কৃষ্ণ শোয়দনা হাৎকনি।
হা হা হা ... ... ...

( অস্তি চঙলকই। )

অস্তি—পাবুং!

জরাসন্ধ— কনানো নং ?

অস্তি—ঐনিমে পাবুং।

জরাসন্ধ—ঐ হায়বদি ?

নশক খণ্ডদে, কনানো ?'

অস্তি—ঐনিমে পাবুং,

নচাদুপী য়াইমবী অস্তি !

জরাসন্ধ—অস্তি ? ঐ খণ্ডদে,

অস্তি হায়ববু কনানো ?

অস্তি—করি মতোমো পাবুং.

নমোমবু শক খণ্ডবিত্রবা ?

জরাসন্ধ—( য়াম্না শাওনা ) পাবুং ?

নপা নস্তে ঐ,

অস্তি কোবী ঐগী

ইমোম অমত্তা লৈতে।

ঐগী ইমোমদি প্রাপ্তিদনি;

শুপংগী হায়বা ইনুবী প্রাপ্তি !

অস্তি কোবী ইমোমদি

মণ্ডলান্দা কাওবা লৈতে।

শকখণ্ডদবী দুপীমচা !

কুইনা পনগন্দু মফমসিদা,

থুনা খোঙদোই হনুগ্রো।

অস্তি—পাবুং, শাওবিগন্দু নচাবু।

করিগীদমক ইহোকপিন্নিবা

কর্রি ইরাদ লৈছনা ?

জরাসন্ধ—কৌগনু পাবুং ঐঙোন্দা.

ইকা নত্তে নং।

উম নিংশিংলকপগুম্‌ থোরে ;

মমাঙচাগী মতমদা

লৈরম্বা য়াইথ ইমোম 'মা

অস্তি হায়না কোলোয়বা।

অত্থুগুম্বী ঐগী ইমোমদো

লৈত্রে ওসিদি, শিত্রে।

মাগী শকুম লোত্থনা

ইমোম শাত্থনা লাকলিবী

চুপীমচা নং কনানো ?

নংগুম্বী চুপীমচা অমগী

মতিক চাদে মকমসি,

থুনা য়াওনা চংত্রো।

অস্তি - পাবুং !

জরাসন্ধ—ইয়া, পাবুং চিঙোইবা ?

হায়রিবমক্তদা হয়া হে

হেদোংঙিদা চুপীমচা !

চংত্রো হায়রবদি চংত্রোদনা,

ঐগী ইতিক থঙত্রা ?

অস্তি—পন্থো !

জরাসন্ধ—পন্থো হায়বদি ?

হে লমকেৎ লমহাইবী
নংনা চৎলিবা লমচত্তু
মগথ নিঙোল 'মা ওইবগী
চৎকদবা শাজৎ লীচৎলা ?
মপা ঐবু থওইদবা
শাগৈগী মিংচৎ থীহনবা
হায়বা ইন্দবী নহাকপু
করিগী ইমোম্ চিঙ্গোইগনি ;
নংগী চেংলো নশক্তু
উবদা থোইনা তুক্কজৈ।
নপুন্নোইবগী য়েক্লবা কৃষ্ণবু
পূজা তৌবা ওল্লবী
ন্নাখল চোইন্নবী নহাকপু
ঐগী ইমোম্নি হায়বদা
ইমায় থীবা নত্তন্না।
হা ? খুম্মুনে।

অস্তি—ও: অহুগী ওইন্নেকো পহৌ।
শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌবগীদমক্
অশাও' থাম্বী ছোবকো ;
শেরান্নরে পাইমা ন্নাখলদো।
শ্রীকৃষ্ণ কোবা মহাক্তি
জগৎকী ইবুংঙোনিনে পাবুং।
ভক্ত ওইবা পূম্বনা

ইবুংঙোগী চেংলৌ উবদা
কনাস্থ শাওবা ঙম্লোইনে,
ইপূরোইবনা লঙজরুবনা মঙোন্দা
ইবুংঙো মানা লান্বিপ্রবনি।
পাবুংস্থ ইচেমস্থ অনিমক্
ইবুংঙো মঙোন্দা চঙজরবদি
মহাক্কী ভক্ত ওইরবদি
অশাও' খান্বী মুৎকনি।
তপথবিয়ুনে পাবুং,
নমোম্ ঐঙোন্দা শাওবিনু।

জরাসন্ধ—( য়াম্না শাওনা ) করিগী তপথবা অন্তি?
নংনা ঐবু খৌশাত্রবকো?
ক্ষুপী ওইবীগী ধর্ম্ম
মান্-মর্য্যাদা থাদোক্কুনা
নরা-নপুরোইবা শিবগী
মায়থোঙ খিত্তস্থ মক্তনা
নিঙাইদনা লৈঙবী নংগুম্বসি
জগৎসিদা অনি শুরম্গত্রা?
পদ্মো কৌগস্থ ঐঙোন্দা,
নংবু ইচানি হায়বদা
ইমায় ফিরুক্ খুম্রবনি,
চঙশি শিরবনি ঐসে।

অন্তি—করিনোনে পাবুং,

ইচে ইবেম্মগী মতৌগুম্
ভোদে হায়ত্না নমোমস্ন
শাওবিরব্রা অত্তক্ শাথিনা?
ইচে প্রাপ্তিগী মতৌগুম্
ঐস্ন শাওগে মনীংঙি;
অত্তবু—
মোমোনৃতা নোকৃপা মাগী
শাওবা হৈত্তবা মায়থোঙরো
ঊবদা শাওবা ঙম্‌দ্রেনে।
মহাক্সা নচা ঐহাক্‌পু
'ইমা' হায়না কৌত্না
য়াম্না নুনা ত্তোইনে,
ঐনা হৌজিক্ লাকৃচকম্
পাক্লুংবু উনিংঙি: হান্ন্‌জবদা
ইবুংঙো মানা হয়াওনা
মাগী থ্রথদা থিন্‌বিরকুই।
নচা ওইবী ঐগীদি
ইবুংঙো মানা অথোইবনি।

জরাসন্ধ—(য়াম্না শাওনা) ইবুংঙো মানা অথোইবনি!
হঃ অওইবয়া অ.স্ত?
নরাহৈ অত্ত হেনুমল্লি,
নংবু পোকৃপা ঐত্তোন্দা
থুম্বশাই অরং অয়াংনমকা।

নং খঙ্‌ঙ্ক্রিনকো অঙাওবী,
নংগী কৃষ্ণ হায়বদো
কৎথিত্রবা লৌনম্বা নিপানি;
লৌনম্‌ বাহৈ মাগী
'ইমা' খোম্বাঙ্‌ তাবদা
ঙাওরবনিনে নহাকৃসে।
ইচা নত্তে নং,
ঐগী ঈ ওইরবদি
অহুম্না থক্‌ ঙাং' ঙম্লোই।
চৎঙ্ক্রো নং থুনমক্‌
লৈবা য়াদে মগধদা,
হায়রিঙৈসিদা হেক্‌ চঙ্গ্রবদি
নঙকৃশম্‌ লাক্তুনা ইনৃগনি।

অস্তি—ওঃ পাবুং,
অহু য়্যোরবকো নচাদা
নংগী পাইমা রাখলুনা।
নচা ঐবু ইম্মোক্লবা,
জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণমক্‌পু
তম্‌থিনা নিন্দা তৌরবা।
নমোম্‌ ঐনা লাকচবদি
পাবুং ইচেম্‌ অনিগী
য়াইফ-পোরম্‌ পীম্নবনি।
অহুবু মহু ওইহন্দ্রে,

তাম্মোক্‌পিয়ে নমোম্বু লৈবাক্তুগী।
করে, নমোম্ চৎচগ্রগনি;
ইবুংঙো মাগী মকম্মুদা
অমুক্ হয়া চঙ্‌জরুরনি।
চৎচরগে পাবুং,
থুরম্জরি নমোম্‌ ঐনা। (থুরগা)

জরাসন্ধ—(মমায় লৈথোক্লগা) নত্তে-নত্তে মচু,
ঐঙোন্দা থুরম্‌বিগনু।
চৎপিগ্রো থরা-খিৎ থুনা
নশক্ অত্থু রেংনিংত্রে,
করি থোক্লত্নুনা থুরম্‌লিবা!
চৎত্রো চৎত্রো।

অপ্তি— চৎচরনি পাবুং!
পাবুং নংগী পুক্তিদা
থোক্লগদবা অরাবা কয়াগী
নমোম্‌ ঐনা রায়দকো।

অ/

জরাসন্ধ—রাবিয়ু রা-নেক্তে ইবেম্মা,
চৎত্রোনে নংদা থিং।

অপ্তি—করে পাবুং।

(অপ্তি চৎখি।)

জরাসন্ধ—হা হা হা … … …
ঐগী ইমোম্‌ মানস্থ
মপা ঐবু উশিত্তবকো।

কৈ, কৃষ্ণ মহাবা কৈদোম্নি,
জরাসন্ধ ইতিক খণ্ডহনগে ;
ঐনা কৃষ্ণ হাংকনি।
হা হা হা ... ... ...
(থাণ্ড মুক্তনা থুনা থোক্‌খি।)

[ফিজত্ তপ্না-তপ্না হাইজিন্নকই।

# অনিশুবা ভাঙ্কক্

## অহানবা উৎপা

# হস্তিনাগী কোনুং

( কোনুংগী কা অমা। দুর্যোধন্ লাঙ্‌ঙক্লবগা লোয়নবা হয়ং-হন্দা চত্তুনা লৈ।)

দুর্যোধন্—ঐখোয় খুৎকন্ পাণ্ডবনবা
ইচিন্ ইনাও চামা পোকপা;
মমায়না মণ্ডানা পাক্লবা,
চামবু মণ্ডানা শুম্লবা
নত্তে মত্থু ওইথোক্লোই।
দুর্যোধন্ ঐনা মায়থীবা
মত্থু খক্ ওইথোক্লোই।
ঐগী থৱায়না লৈরিবৈ
চামনা মণ্ডাদা চঙ্‌জবা
কদোম্নুংদস্তু তৌররোই।
হয়েল্ লান্‌শিঙ্‌নত্থনা
মণ্ডা ভুম্না হাংকনি।
য়েত্‌নবা মতোন্দা পকপা
লৈপাক্ মচেৎ অমা কাও
ঐনা মখোয়দা পীররোই।
পুক্সিবু পোম্বা থাত্থনা

মঙাবু লোইশিন্নবা হোৎনবা
ঐগী পুক্নিংগী থৌদাংনি।
য়াইমবা ভীম্‌সেন্ মাত্তবু
হান্না লোইশিন্‌বা ঙম্নবদি
থরদি শাক্কবা ওইগনি।
অত্তুবু ভগবান্ কৃষ্ণনা
তোংলি মখোয়গী মীচঙ্‌দা;
মাতা মখোয়দা য়াওরম্‌ম্ব্রবদি
থঙ্‌লোইদ্রদো নহান্না।
অত্তুবু কদৌনি,
ভগবান্ কৃষ্ণ মহাক্না
দুর্যোধন্ ঐগী থুত্তগী
মঙাবু কন্‌বা মতিক্না?
মঙাগী যম্ ঐহাকনি,
নোংমা নত্রগা নোংমদি
তুম্নগদবনি ঐগী থুত্তা।

(দূত চঙ্‌লক্বই।)

দূত—কুরুপতি মহারাজ!
কনাগুম্বী অমা
মহারাজবু উন্ননিংঙি হায়দুনা
ম্নখোঙ্‌দা পন্দুনা লৈহৌই।
মহারাজগী য়াইফ পাও
পুরক্পনি হায়না পাওদম্লক্বই।

চঙ্‌হঙ্গরকৃউ হায়রবা মহাক্‌পু ?

দুর্যোধন্‌—উম্‌, চঙ্‌হল্লকৃউ মাবু মকম্‌সিদা।

(দূত থোক্‌খি।)

দুর্যোধন্‌—করম্বা দূপী ওইরিঙ্গধা ?

নিয়তি লাইরেম্বীগী মতাংদা,

লক্ষ্মীমক্না থৌঙ্গান্ লাক্‌পরা ?

হায়রক্‌পকো মহাক্না

'মহারাজগী য়াইফ-পাও !'

উম্‌, য়োৗরক্লগা থঙ্‌লনি তাংদাংবা।

(প্রাপ্তি চঙ্‌লকই।)

প্রাপ্তি—মহারাজ !

দুর্যোধন্‌—লেঙ্‌শিন্‌বিরক্‌সি দেবী।

য়াইফ-পাও করম্বা

পুবিরক্‌পা ঐগী ইনাক্তা ?

করি করম্বা য়ারানো

চিথদনা তম্বিয়ু।

তাক্‌শিল্লু অদোম্‌গী পরিচয়সু ;

পোইরৈ লম্‌দম্‌ কৈদগীনো,

লাইবক্‌ কবা কনাগী তালোৗয়নো,

পদ্মো কনানা পোক্‌পনো ?

প্রাপ্তি - কুরুপতি মহারাজ !

চঙ্‌জরক্‌পী ঐহাক্তী পরিচয়

থোইনা থঙ্‌বিনিংঙু।

ঐনা হায়জবা য়ারাসিদা
সনা নাপদা হাপ্‌পিয়ু।
মসিনা মহারাজগী কায়গনি,
ঐগী নিঙ্‌বস্নু থুংগনি।
থঙ্‌দবা য়াদে হায়রগা
মপুরোইবা-মপা কায়নরবী
লাইবক্‌ থীবী কনাগুম্বীনি
অসিমখৈত্তা থঙ্‌বিয়ু।
দুর্যোধন্‌—করে দেবী,
নংগী য়ারা নপাওক্তু
মথং-মথং হায়থরো।
প্রাপ্তি—তাবিয়ু মহারাজ!
নুপী ওইবী ঐহাক্কী
ঈশ্বরমক্তি হায়না থজরবা
নুংশিজরবা ইপুরোইবা,
ঐবু পোক্‌পা পম্ভো
অনিমক্‌ হাংথ্রে কৃষ্ণনা;
মতুগী লমন্‌ খুজিন্নু।
দুর্যোধন্‌—হায়য়ু দেবী,
করি মরাল্‌ লৈরুক্পা
নপুরোইবা-নপা-অনিমক্‌
কৃষ্ণ মানা হাংখিবা?
প্রাপ্তি—থঙ্‌জদে মহারাজ!

করি মরালবু লৈগনি,
গুম্মী-কল্লি হায়রুনা
হেক্তা হাংলিবনিনে।
জগৎকী মী পুম্বনদি
মাবু ভগবান্নি হায়রুনা
খুরমলি, পূজা তৌনরি।
অরুবু কৃষ্ণ মহাক্তি
মরোৌ চাওবা ওইরম্লে,
মপাম্থোংদদি চীন্বান্দা
লাংবন্গী খোইহী তৈরম্লে।
কৃষ্ণমুক্ ফত্তবা মীসিবু
অনি গুরম্গত্রা জগৎসিদা?
মানা লুনা তৌরিবদি
পাণ্ডব মশাতা মশায়রে:
অতৈদি য়েক্নবনি মাগী।
অক' শারগা মপাম্থোংদা
মঙ্গুংদনা ফত্তনবা শীন্বনি।
থোক্লিবা নত্রনে মহারাজমক্তম্ব?
দুর্যোধন্ চুম্মী দেবী,
থোক্লিবনি মত্তমক্ ঐগোন্দা।
মথা করি? হায়রিবিসি।
প্রাপ্তি—ঐনা হায়জগদবদি মহারাজদা
ইপুরোইবা-ইপা হাংখিবগী

কৃষ্ণবু হাংপিয়ু অসিনি।
দুর্যোধন—( ভয়া ) কৃষ্ণ হাংপা ?
দ্বারকানাথ কৃষ্ণদি
নত্তে ঐগী য়েক্লবা,
পামদে মাবু হাংপদি ;
ঐগী থম্মোইনা পাম্বদি
পাণ্ডব মণ্ডাবু লোইশিনবা।
প্রাপ্তি—ওইথোক্তবনি মত্বদি মহারাজ!
সনা পুক্লিংনা পাম্বিরিবত্থ
পাণ্ডথোক্কে হায়না নিঙ্বিরবদি
ঐনা হায়বা য়াবিয়ু।
নহাক্কী য়েক্লবনি কৃষ্ণসে,
কৃষ্ণ মাগী থৌইনুশিস্তনা
উশিন্ত্রিবনি পাণ্ডবনা মহোরাজবু।
ঐনা হায়বা থাজবিয়ু,
কৃষ্ণ হিংতুনা লৈরি'থৈ
ওইথোক্তবনি পাণ্ডবপু মাঙ্হন্নবা।
দুর্যোধন—মত্থ ঐসু খঙ্ডি ;
পাণ্ডবপু হাংকে হায়তুনা
শীনুবা শরো থুদিঙ্দা
কায়হন্দুনতা লাকলিবক্কি কৃষ্ণনা
ঐগী মীচঙ্ ওইগদবা
পাজন্নবা নিংথৌ কয়াবু

কৃষ্ণ মানা হাংগ্রবনি।
হৌজিক্কী মতম্ অসিদা
মগধ নিংথৌ জরাসন্ধ,
পাজন্নবা চেদীরাজ শিশুপাল্,
মথুরাপতি মহাবলী কংস
মথোয় লোইনা লৈরবদি
ঐনা করিগী ৱাগনি।

প্রাপ্তি—অচুম্বমক্নি মহারাজ!
ঙসি জরাসন্ধ লৈত্রে,
কংস' য়াইবী চূপ্খ্রে,
শিশুপাল্গী মকোক্ কেনখ্রে।
মথোয়শিংহ্ ঙসি লৈত্রবস্
ঐ লৈজরি মহারাজগীদমক্।
থৌনাফবা মথোয়শিংহ্গী ঈতনা
লাইবক্তা চন্দন্ থিন্নবী
ভৈরবী' শক্তম্ লোয়বী
লানৃগী লাইরেম্বীনি ঐহাক্তি।
মীহৎপা কৃষ্ণ মহাক্কী
কোঙ্-কোঙ্ শাবা ঈ
মহুতনি ঐনা পাল্লিবা।
মহারাজন্ নিঙ্বা থুংবিয়ু;
ঐন্ নিঙ্বা থুংজগে।
কৃষ্ণ মাবু হাংলগা

ঈ পীনবিয়ু ঐডোন্দা,
ইথৌ-লাংলে ঐহাক্,
মহাকী ঈডুতা কংলগা
ইপা-ইপুরোইবা হাংপগী
লমন্ খুম্বা শক্লগে।
হে কুরুপতি মহারাজ!
ভারতকী কাচিন্-কোইয়া খুদিঙ্দা
সনা মীংয়েং থম্বিয়ু,
মহারাজমুক্ পাঙ্গনুবা
মতিক্ ময়াই লৈরবা
নিংথৌ কনা লৈরিবগে।
ভারত বংশগী মৈরা
নহাক্না ভারত পূম্বগী
নিংথৌরেল্, কন্থাল্, লাংগদবনি।
লৈরিবা অতৈ পূম্বসি
কায়ত্রবা মীরেম্ ঙাক্তনি।
পম্বিহনা কায়দে মহারাজ!
হাত্তোক্লো কৃষ্ণবু থুনা,
য়েরু-তিংথং থয়্দু।
কৃষ্ণনা হিংলিবমথৈদি
মহারাজগী থোংলবা থম্মোইদুং
পঞ্চ-পাণ্ডব অসিনা
তিংথাংতা ওইহনা লৈরগনি।

দুর্যোধন্—হায়বিরিবা পুম্বা অচূম্বনি দেবী!
নহাক্না হায়রিবা য়ান্নাত্থ
দুর্যোধন্ ঐগী লাইবক্ কবমি;
মত্থগীদমক্ লমন্ তোম্লধনি ঐহাক্।
হায়বিয়ু দেবী, কনানো নহাক্?
মত্থ পুরবী লিন্ অমোম্‌গুম্
শাওবনা ফ্ ফ্ কাম্বৃন্না
করিগী কৃষ্ণবু হাংনিংলিবনো?
অদোম্বু পোক্‌পা পম্বোঞ্
কোলোয়না করি কৌবগে?
কনানো লাইবক্ ফবা নপুবোইবত্থনা?

প্রাপ্তি—কুরুপতি মহারাজ!
খঙ্‌বিনিংগনু মত্থ হৌজিক্,
পাঙ্‌থোক্‌পিখো ঐনা হায়জবতা।
মতম্‌গী খোঙ্‌লৈ ভুংইন্না
খঙ্‌লকনি খঙ্‌বিনিংবদো শোয়দনা।
হান্না মত্থ হায়দোক্লুরগা
অন্নাবনা থম্মোইসি কুপ্‌খিত্থনা
ওম্লরোই ইখো পাঙ্‌বা।
ঐনা নিঙ্‌ববু থুংলবদি
খঙ্‌বদা কায়ত্রে মহারাজন্থ,
হান্না কক হাংপিখো।

দুর্যোধন্—হে লাইবক্ থীরবী!

করে, তান্নবু নংগী পরিচয়,
খঙ্ নিংলরোই ঐ অমুক্।
নংগী থম্মোইনা প'মৃলিবদো
থুংহল্লনি ঐনা শোয়দনা।
ঐগী য়েক্নবা পাণ্ডবপু
ডাক্-শেন্দুনতা লৈরিবা
কৃষ্ণ ঐগী য়েক্নবনি।
পাণ্ডবপু ঐনা ঙম্নবা
কৃষ্ণবু ঐনা হাংলনি।
দেবী, থুংবিরো অদোম্না নিঙ্বস্নু,
থুংজরগে ঐনা নিঙ্বস্ন।

প্রাপ্তি—জয় ওইবিয়ু মহারাজ!

(শকুনি চঙ্লক্ই।)

শকুনি—কুরুপতি মহারাজ!
লাক্চরিযে মাম্মা সনা 'নাক্তা।

দুর্যোধন্—লেঙ্শিন্বিরক্সি মাম্মা।

শকুনি—ইমাক্ নিংথৌ!
করি ব্রা তান্নবিরম্মীবা,
মাম্মন্ন খঙ্জবা য়ারোইদ্রা?

দুর্যোধন্—ঐগী দুংশিরবা মাম্মা!
করি য়ারোইদবা লৈবগেনে,
নমাক্না পাওদম্জগে তাবিয়ু।
লাক্লিবী দুপী অসি

ভগবান্ কৃষ্ণগী য়েন্নবনি,
মপুরোইবা-মপা হাৎপিত্রে
মহুগী লমন্ থুম্নিংঙি
ঐবু মতেং পাংবিয়্,
কৃষ্ণ হাৎপিয়ু হায়রিয়ে।

শকুনি—অহুদি—

ইমাক্ নিংথৌগী য়াথলদি
করি করম্না থল্লিবা?

দুর্যোধন—নমাক্না খঞ্জবদি মাম্মা,
ঐগী য়েন্নবা পাণ্ডবকী
মীচঙ্দা লেপ্লিবা কৃষ্ণনি,
অহুনদি হাৎপদা তারে;
দেবীগী নিঙ্বসু থুংলসনু,
ঐগী য়েন্ন-তিংথংসু
লোথোক্নবা পোরম্ শীল্লগে।

শকুনি—মহুদি য়াম্না ফবনিনে ইমাক্।

প্রাপ্তি—মহারাজ! ঐ হন্দ্রগে।

দুর্যোধন—লেঙ্বিয়ো দেবী!
পুক্লিং করিমত্তা চিংনবিগনু,
নিঙ্বা শোয়দনা থুংহনজগনি।

প্রাপ্তি—য়াইফবিয়ু মহারাজ!

(প্রাপ্তি চৎথি।)

শকুনি—ইমাক্ নিংথৌ!

মশক্ খঙ্ব্রা সুপীসিদি ?
দুর্যোধন্—খঙ্দে মাম্মা,
তাক্উ য়াদে হংলবসু ;
মতম্গী খোঙ্লৈ মতুংইন্না
খঙ্লকনি হায়না চিঙোইরম্মী।
শকুনি—মাম্মা খঙ্ই ইবুংঙো,
লাইবক্ থীরবী অসিগী
মতেং শোয়দনা পাংবিগদবনি।
দুর্যোধন্—অদুদি হায়বিয়ু মাম্মা,
সুপী অসি কনানো ?
শকুনি—কনাব্ ওইগদগে ইমাক্,
জরাসন্ধগী মমোম্লোই
কংসগী তালোয় অহন্
লাইবক্ থীরবী প্রাপ্তিনি।
দুর্যোধন্—ওঃ মাম্মা নুংঙাইতেদকো।
হৌজিক্ থুদক্ অসিমক্তদা
কৃষ্ণবু থুনা হাংনিংলে।
মহাভারতকী লাঙাও থোক্পদা
ঐগী মীচঙ্দা লেপ্কদবা
মরুপ-মপাং হাংপগী
ঐনা লমন থুম্পনি,
কৃষ্ণ শোয়দনা হাংকনি।
শকুনি—হাংকদবনি ইমাক নিংথৌ

হনৃবা য়াদে নপুক্লিং।
কৃষ্ণ মাবু হাত্রবদি
পাণ্ডব লাক্লবা য়াগনি.।
অহনা ছুর্যোধন্!
তিংথং ওইনা পনৃগদবৃছদি
হায়া লোইশিনৃহোবনা কৈ।
ছুর্যোধন্—চুম্মী মাম্মা!
নমাক্ নিংথৌ ঐহাক্না
খুরৌ ওইগদবা কৃষ্ণসে
শুক্লোয় শোয়দনা হাংকনি।
শকুনি—অহনি তোগদবা ইমাক্!
মাম্মা লৈ, কিরুনু।
ছুর্যোধন্—মাম্মা! গুহাক্ পুক্লোই লৈবিহোখো,
নমাক্ শিবির য়োক্লখিগে।
শকুনি—য়োক্লয়ে। ইমাক নিংথৌ।
ছুর্যোধন—সুংঙাইনা পোথবিরম্মু মাম্মা!
নমাক চৎচরুখিগে।

(ছুর্য্যোধন চৎখি।)

শকুনি—হা হা হা ··· ··· ···
ঐনা নিঙবা থুংলনি।
হে প্রাপ্তি নিংথিবী
লাইবক চাওবী নহাক্কি
মতাঙ চানা লাকইদা।

নংনা শীং য়াঙ্লবনা
ইমাক্ নিংথৌ দুর্যোধন্গী
মৈথৌ কন্বা হেল্লেদো,
শ্রীকৃষ্ণবু হাংকে তেম্শিঙ্লে।
দু: জগৎকী ভগবান্ কৃষ্ণবু
তরাই-তরাই হাৎপা
কনাগী মতিক্ লৈবগে?
পঙ্লবা ইমাক্ নিংথৌনা
কৃষ্ণবু হাংকে তেম্শিঙ্বা
পোলোই নক্কে শীঙবনি।
ঐনসু শীং য়াঙ্গনি,
দুর্যোধন্ নংবু মাঙ্নবা
ঐনা পোরম্ শীল্লিবনি।
ইপাঙল্-ইথৌনানা ভম্ত্রবসু
ঐগী পাইমা লৌশিংতনা
লমন্ থুম্গে ঙাইরিবনি।
হৌজিক্তি শকুনি' ইতিক্ খঙল্নি,
হে ক্ষত্রবা দুর্যোধন্!
ইচিন্ ইনাও লাক্লঃখবগী
মতিক্ নংসু খঙ্লনি।
হে পঙ্ডিদকো অপঙ্বা!
হা হা হা ... ... ...

# ২শুবা উৎপা

# লক্ষ্মী

(প্রাপ্তি অঙাওবীগুম্ চৎলি)

প্রাপ্তি—হা হা হা ... ... ...

ঐগী নিঙ্বা থুংলনি,

দুর্যোধননা কৃষ্ণ হাংলনি।

হে কৃষ্ণ!

নিংশিংঙু ঐগী শাপ।

হা হা হা ... ... ...

(অস্তিস্থ লাকই।)

অস্তি—ইচে!

প্রাপ্তি—কনানো নহাক?

অস্তি—ননাও অস্তিনিনে ইচে।

প্রাপ্তি—নংবু ঐগী ইনাও?

হা হা হা ... ... ...

অস্তি—করি মতৌনো ইচে,

নংবু ঙাওরবরা তৌরিবসিবু?

প্রাপ্তি—উম্ ঐ ঙাওরে,

মপুরোইবা কায়ন-মৈচান্না

মপা হাংখিবগী রাবনা

ঙাওহল্না চৎলবী ঐনি।

অহুগা নহাক্তি?

শাগৈ চেহ্নবা পোক্লবী
কিগন্বী-পাঙ্দবী নত্রা ?
নহাক্থং কালী তৈরেদো
ইপাগী লংলবা বংশদা।
খঙ্ঙু ইনাও ইবেম্মা !
ঐনা ঙসি ওইরিবা
অঙাওবী-চাকনিবীগী শকক্মৃসি
কনানা করম্মা ওইহল্লি ?
কৃষ্ণ ! গোপ মচাদো !!
কাওবা ঙম্লরোই মাবু
মপোক্-মপোক্ খুদিঙ্গী।
ঐনা চৃখৎলবনি লমন্গী মৈ
চাক্লনি ঙ্রঙ্-ঙ্রঙ্
মৈরী চাওনা নমাঙদা,
মাগী শাস্তি কায়রগদবনি।
মহাক্তা নত্তনা মহাক্থং
মীচেম্মরনিদো কয়া অমম্সু।
মথোয়না ৱাত্থনা কপকনি,
ঐনা হৱাওহনা নোক্কনি।
হা হা হা … … …

অস্তি—ইচে ইবেম্মা নহাক্পু
করিগী কঙাওনরিবনো কান্নদবদা !
নংগী শক্তমৃসি উবদা

ননাওগী থম্মোই কায়রে।

প্রাপ্তি—কায়য়ু মচেৎ-মচেৎ তানা,
অত্থুগা ঐনা পেন্‌গনি।
মীনুংশি খঙদবী হুপী!
অত্থুরা নংগী থম্মোই?
ফনা নোক্‌নিংঙিদা ঐদি,
হা হা হা ... ... ...

অস্তি—করি মতৌনো ইচে।
খন্‌বিগন্থু অত্থুম্না ননাওবু
ঐসে নংগী ননাওনি।

প্রাপ্তি—মান্নি, নং ইনাওনি।
ঐগী ইতৌ উরগা
নংগী থম্মোই ব্রাবরা?

অস্তি—অহোয় ইচে,
নংগী নতৌ অসিনা
রাহল্লে ঐবু য়াম্না।

প্রাপ্তি—ইচেম্‌গী হুংশিরবী অস্তি,
ইচেম্ রাহায়গে নঙোন্দা
য়াদবা তৌগন্নকো ইবেম্মা।

অস্তি—হায়বিয়ু ইচে ইবেম্মা,
করি য়াব্রানো হায়নিংলিবা
ননাও হুপী ঐঙোন্দা?

প্রাপ্তি—য়েংঙু ইনাও ইবেম্মা

ঐগী ব্লারবা শকৃফমর্নি।
নারক্-শিঙ্লক্ থাক্তনা
ঈহিং-নাহিং শাব'থৈ
কায়ন-মৈচাক্ থাঙ্হুনা
কোয়না চৎলক্লবী ঐহাকৃনি।
নংদি ঐগী ইনাওনি
ইমা'মক্তগী গর্ভদগী তারকৃপা.
ইতেং পাংঙ্ নংনা।
ঐখোয় অনি তিম্নহুনা
মাঙ্হল্লসি মহাক্কী জগৎসে,
ইপুরোইবা-ইপা হাৎপা
ফজ্রবা নিপা অসে
হিংন্দি ঙসি ফাওবা;
কাওরব্রনে অস্তি নংবু?

অস্তি—ইচে, করিনো হায়রিবহু?
ভগবান্বু হাৎলু হায়রিব্রা?

প্রাপ্তি—মাম্নি ইনাও ইবেম্মা,
ইচেনা পাম্বা মহুনি;
নংনা মহু পাঙ্থোকৃউ।

অস্তি—হায়হৈদবা ব্লানি ইচে,
ভাঙ্থোক্ত্রিবা ব্লাভাঙ্ অহুতনা
ওইরনিদো পাপ লঙশিন্বহুব্।

প্রাপ্তি—করিগী পাপ? করিগী হায়হৈদবা?
ঈগী লমন্ ঈ!

মসিমক্ হেক্ পাঙ্‌থোক্‌পদা
করিগী পাপ্ পুগনি?
নংদি শোয়দনা ঙম্‌গনি,
থবক্ পাঙ্‌থোক্‌উ অস্তি!
নং কৃষ্ণ হাংলু।
অস্তি—নত্তে-নত্তে ইচে,
ঐনা কৃষ্ণবু হাংপা
মত্তু থক্ ওইথোক্তে।
নংগী নত্তৌ অত্থদি
তাইওম্নরে, পূম্ওন্ ওম্নরে।
প্রাপ্তি—( শাওনা ) করি অস্তি?
নংবু ঐগী ইনাওনিকো?
নপা-নপুরোইবা হাংখিবগী
লমন্ থুম্না ঙম্‌দ্রবা?
নংগী থম্মোই অত্থবু
কত্রবা কৃষ্ণ অত্থনা
লৈপ্রবরা মমল্ পীত্থনা?
অস্তি—তোকপো ইচে নংগী নরাহৈ
তাহন্‌বিরম্মু ঐগী নাপম্না
স্তুতিগী পূজা কৎচরিবা
ইবুংঙো মাবু হাংপা
ননাও ঐদি ঙম্লরোই।
প্রাপ্তি—( শাওনা ) ওম্লোই নংদি অকোকশা!
তৌ পূজা কৃষ্ণদো,

ঙম্ন'দি ঐনা মাবু
কেলহন্ৃগে লুৱেন মালেম্ শৈদা
খঙগনিকো মতমৃছুদা
কৃষ্ণ কনানো হায়বহু,
খঙগনি ঐগী ইতিকসু।
য়েংজো নমীৎ থীৎনা
হে ওক্তবী শিগৈজন্!

অস্তি—ওকলে-ওকলে ইচে,
তানিংড্রে নংগী ফি-শেত্তবা নৱাহৈদো,
মথা অমুক তাথরকুগমু,
চৎলে ঐ ইচে।

(অস্তি চৎখি।)

প্রাপ্তি—(য়াম্না শাওনা) হে অস্তি হিংচাবী!
নংগী পুকচেল অসিদি
থোঠু মুঙদগীসু কল্লিদা;
নপুৱোইবা হাৎপা নিপাবু
পুজা তৌবা ঙম্মীকো।
ফৈ, ইনাওনি হায়বগী য়েংলৱোই;
কৃষ্ণবু চাক্লবা চুরিবা
ঐগী অশাও'-খাম্বীনা
নংসু য়াওনা চাকহনগে।
নংনা কৈদা লোৎকবা,
খঙজ্ঞ ঐগী ইতিক।

(প্রাপ্তি থুনা চৎখি।)

৩শুবা উৎপা

# পাণ্ডবকী কোন্নুং ইন্দ্রপ্রস্থ

( কৃষ্ণগী লৈফম্ কা। কৃষ্ণ মপাল্লোম্দগী চঙলকৃই। )

কৃষ্ণ—ইমা!

কদোম্দা লেঙথোকপ্রে মতম্সিদ ?

অস্তি—( চঙলরুগা ) হে প্রভু! দয়ামর!!

মফম্ কৈদস্ু চৎচদে।

কোরৌ চূপপা লেপ্তুনা

পার্থগী সার্থী ওইরুবা

সনা হকচাং হ্রারম্লনি,

পোথাবিয়ু সয্যাথক্তা ইবুংঙো।

কৃষ্ণ—থোইনা রাদে ইমা,

পূম্নমক ঐগী লীলানি!

ঐনা শেম্জবা জগৎসে

শেমদোক-শেমজিন তৌদ্বনা

ঐনা লীলা শাম্নবা

থোইনা মুংঙাইবগী মশকনি।

শক্তম্ লাংলিবা তাইবঙশিং

মাগী মাগী মরমচৎনা

শেম্জবনিদো মশাগী লম্বী।

কৃম্নরুবনা লীলা কম্বাক্তা

য়াওরেদো ইনে নহাকসু
অরা-মুংঙাই য়াম্লনা,
নশানা শেমজবা লম্বীনা
ফংলনি নংদি গোলোকধাম্।
অস্তি—হায়বিরিবা য়াইফ-য়ারাদো
থৌজালনি ইবুংঙো নহাক্কী,
পঙলবী অস্তি ঐহাকপু
চিংশিনবিয়ু অচুম্বা লম্বীদা।
কৃষ্ণ—রাগসু ইমা মতুংদমক,
জগৎকী জীব পুম্বসে
মশা-মশাগী কর্ম্মগী
ফংজবনি ফল অতুম্।
অস্তি—হে দীনবন্ধু!
মতুমক নহাক্কী থৌশিলনি।
কৃষ্ণ—মাম্লি, অচুম্বনি ইমা!
ঐগী থৌশিল লীলাদা
ঐসু য়াওরি শক্তম্ লাংবা।
পোক্লবনিনা মর্ত্ত্যলোকসিদা
ঐসু চৈনা ফংলেদো।
ইনে ইবেম্মা প্রাপ্তিগী
তেজ লৈরবা অভিশাপ
মাঙহন্দ্রেদো ঐনা অরেম্বদা,
শোয়ররোই ঐঙোন্দসু নোংমা
... ... ... ... ... ... ...

অস্তি—ওকলে ইবুংঙো,
মথা তাথবিরন্নু হে দয়ামময়।

---

৪শুবা উৎপা

# কুরুক্ষেত্রগী লানফম্

(অশিবা মী থরা তাদুনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণ চঙ্‌লকই। পণ্ডথাপ থাগুনা লান্‌গী নিন্‌-খোংবা তায়।)

কৃষ্ণ—ইতাও অর্জ্জুন্! হো পার্থ!
লাইরেকপা মতম্ নত্তেকো,
খোনা হনগন্নু, লাইরেক্কন্নু।
থাগন্নু নথুক্তগী লীরুং-তেন্;
খনগন্নু ইচিন ইনাওনি,
ভাই-শেন খিরুগন্নু,
ওজা-গুরুনি হায়দুনা
থুৎলাই থারোই খনগন্নু!
নংগী গুরু, শাগৈ-নাতৈ
মখোয় ময়ামদু পুন্দুনা
হাৎপ্রিবনি শুংশিরবা অভিমন্যু।
লমন্ থুম্মু নচাগী;
কুটরয়োই, লোইরনি লান্।

জয় ওইরনি অধর্ম্মবু ধর্ম্মনা।
সুংশা থীসু নপুক্লিংদা,
লাক্লে ঐসু পার্থ।

(কৃষ্ণ চংখি।)

(ওহাক্ লৈরগা অস্তি লাকৃই।)

অস্তি—হে প্রভু দয়াময়!
কদায়দা লৈবগে নহাক্পু?
নংনা শান্নবা লীলা
য়েংলে ইমীৎ থীৎনা,
অকন্বা মহাভারতকী লান্
য়েংবদা মীৎসি পোখাদ্রে।
মক্ম্ মফম্ থুদিঙ্দা
অশিবা মশা ওাক্তা,
মায়কৈ-মায়কৈ থুদিঙ্দগী
কপ-লাওবা অন্না-অনাগী খোল্লেল্
তাবদা নাপ থুমহৎলে।
অঙকৃপা পূন্নমক্ অসি
ইবুংঙো নংগী লীলানিকো।
হে ভগবান্! হা কৃষ্ণ!
কদায়দনো নংবু হে হরি?

(প্রাপ্তি মশম্ মনা ইফা ফারদুনা চঙ্লকৃই।)

প্রাপ্তি—কদায়দা চংগ্রে কৃষ্ণ,
ঐগী য়েন্নবা লোনম্বা?

কৌরবকী মীচঙ্ তুমক্লে,
কদায়দা চৎখ্রে দুর্যোধন্না,
কদৌরে কৃষ্ণবু হাত্রবদি
লোৎলব্রা কৃষ্ণ কিতুনা?
কিদে ঐদি কৃষ্ণবু,
ঐগী য়েক্লবনি মহাক্তি,
শোয়দনা হাৎকনি মহাক্পু।
ইপা-ইপুরোইবা অনিগী
ঊগী লমন্ থুমত্লুনা
মংশৎ তান্গনি কৃষ্ণদা।
হুপীজা মপোক্ ওইবনা
ইখুৎমক্লা হাৎপা ঙমদ্রবস্থু
মানা শিরমদাইগী রাবদো
ইমীৎ পেল্লা য়েংথিনি,
মানা শিবা উরগা
ঐনা পেল্লা নোক্থিনি।

অস্তি—হা কৃষ্ণ দয়াময়!
নংবু কদায়দা লৈবগে?

প্রাপ্তি—কনানো থিরিবা?
নংস্থু ঐগী ইতৌগুম্
কৃষ্ণ নংগী য়েক্লবরা?
য়েংনিংব্রা নংস্থু মানা শিবা?

অস্তি—কদায়দগী হুপীনো নহাকৃপো

কৃষ্ণ শিবা য়েংনিংলিবা ?
মচোম্ মপাক্ নাইদনা
অঙাওবীগুম্ পঙ্‌ঙাঙ ঙাঙ্‌লিবা
নরাহৈ অদো লোইশিল্লু।
জগৎকী ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু
অহুম্না থক্‌ ঙাঙ্‌গনু।
শিখি-নাখিবা ময়াম্‌দো
মশা মশানা তৌজবগী
ফংফম থোক্‌পা কর্ম্মফলনি,
মহুগীদমক্‌ ব্রাগনু অপঙ্‌বী।

প্রাপ্তি—কনানো কৃষ্ণবু কন্‌খৎলিবা
ঐগী মায়য়োক্তা ঙাঙ্‌হুনা ?
( মুম্না য়েংলগা ) ওঃ অস্তি নহাক্‌ ?
নংসু মকম্‌ অসিদা ?
করিগী লৈরম্‌লি সিদদি
কৃষ্ণ'-চরন্ থাদোক্তুনা ?
অশিবা হক্‌চাংনা কৃপ্নবা
লাক্ষম্‌গী ময়ায়নি মসে,
কৃষ্ণ নিঙ্‌বী ভক্তনা
পকচদে মকম'সিদা লৈবা।
চৎলো ভগবান মনাক্তা,
করিগী লাকলি মোংকমদা ?

অস্তি—করেয়গনু ঐবু ইচে।

লাক্কম্-মোংক্কম্সু ওইসনু,
ভুট-প্রেত লথানা
ঐবু ওৎ-নৈসনু,
কিদে ঐদি করিমতা।
ঐনা মক্কম্সিদা লাক্পদি
ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোগী
খোঙ্গুন্ লীবা লাক্পনি।
হা গোবিন্দ দয়ামর!
কৈদনো নংবু?

প্রাপ্তি—থিরিবনি ঐসু কৃষ্ণ
জগৎকী মপু শাশিন্নবদো,
মাতবু হাৎলে হায়রগা
ইপা-হপুরোইবা অনিগী
লমন্ খুম্গে হায়তুনা।

অস্তি—লমন?
কাম্নদবনি ইচে,
ওইরোইদবা রাখলনা মাংওইনা
রানা-রানা লেন্দুনা
নপুন্সি ঈচেলহু খম্ননি।
অহুম্না লৈদৌ শক্তি
তুংগী পোইরৈ য়েংহুনা
চঙ্জহুনা ইবুংঙোগী চরন্'খাদা
পুন্সি লম্বেল্ শেমজহৌ।

প্রাপ্তি—করি হায়বা অস্তি?
থাজনিংঙাই লৈত্রবী মুপী
শাগৈ চেন্নবা পোক্লবী
হায়জ’শারি নংনস্ন অহ্না।
ঐনা কৃষ্ণবু মাঙ্‌হন্‌বা
নমীৎ থীৎনা য়েংজোকো।
ইনাও অমা ওইরগা
মচেম্‌গী মায়য়োক্তা লেপ্লবা,
অঙকপা খোঙ্‌চৎনিকো তাইবঙ্‌পাল!
অসুম্‌ উরে হায়রগা নশক্তো
হেন্‌গৎলি খোয়দো শাওগৎপা,
নবুংঙো কৃষ্ণ হাব্রিঙৈ
নংবু হান্না হাৎনিঙ্‌লে।
অস্তি—কৈ, হাৎনিংলবদি হাৎলু ইচে;
ঐনা কদোম্নুংদা য়ারোয়োই
লৈরবদি ননিঙ্‌ থুংগদবা নহাক্কী,
ঐবু মতুপ্‌-মতুপ্‌ কক্তুনা
লংথোকউ কুরুক্ষেত্র’ লম্পাক্‌সিদা।
ননাও অমা ওইনা
অনিঙবা পাঙ্‌থোক্‌পদা ইচেগী
কথোক্‌চরে ঐগী থৱায়।
প্রাপ্তি—করি অস্তি?
চীন্নক্তবু অশিঙ্‌ননা থুম্মীনা।

( অশিবা মী অমগী মনাক্তা তাবা থাঙ্ অমা খূনৃগঙ্লা
অস্তিদা য়ানগে তৌই। )

অস্তি—( মমিৎ উইশিল্লগা মথুৎ লোম্নহুনা ) হে দয়াময়!

( শ্রীকৃষ্ণ থুনা লাকই। )

কৃষ্ণ—করিনো ইমা?

পূমওন ওন্নরে তৌরিবসিদ্দি,
পোকমিল্লবী মচিন-মনাওনা
থোদো অস্তুম তৌনরবদি
হয়েং কলি যুগতদি
ফত্ত' রারীনহৌরনি।
হে ইমা, সতী!
ভৈরবী শক্তম লৌরিবী
নহাক্কী অকিবা মুর্ত্তিদো
উহনবিরম্ভ, শকক্ষম হজিনবিরো।
সতী অমা ওইরগা
অতুগুম্বা শক্তম লাংবা
পকচদে ইমা নঙোন্দা।

প্রাপ্তি—( করিমত্তা উশিক্ষনা ) হঃ মায়াহৈবা কৃষ্ণ!

লাকলেদনা মতাঙ্ চানা
নখোঙ্না নমং থিক্ষনা।
ইপুরোইবা হাংখিবগী লমন
নথবাক্কী ঈ লৌরগা
খুম্বা শক্লগে ঙসিদি।

( থাঙ্শাং হাইগঙ্লা কৃষ্ণবু হাংকে তৌই। )

**কৃষ্ণ**—( মোমোন নোক্তুনা ) শাওগন্নুনে ইমা !

**অস্তি**—( প্রাপ্তিগী মমাঙ্‌দা চঙশিন্দুনা ) নত্তিক করি লৈহ্নুনা

জগৎকী ভগবান কৃষ্ণবু

হাৎকে থোরাঙলিবনো হিংচাবী ?

নংগী নতিক লৈরগা

হাৎলু ঐবু হান্না।

( প্রাপ্তিগী মথুত্তগী থাঙ থঙহোদনা তাথি। )

**কৃষ্ণ**—শাওগন্নুনে হে ইমা !

সতীগী কল্লবা অভিশাপ্

লেম্না মাঙ্‌লোই কৈদোন্নুংদস্‌ু।

ঐ ইশানা য়ানা

লোরবনিনে নংগী অভিশাপ,

মত্তুগী ফল্ ঙসি

কৃষ্ণ ঐনা ফংলবনি ;

য়েংনিংবদো নমীৎ থীৎনা

য়েংবা ফংলনি হৌজিক্তি।

নোংমা নত্রগা নোংমদি

ইমাগী ননিঙ্ থুংলনি,

ন্নাগন্নুনে হে সতী !

ঐগী পুক্নিগী পোলোই

নথরায় তানা য়েংখো ;

ঐপী মৈচাক্ উরগা

নোক্‌খো থম্মোই পেম্না।

অহুগুম্বা মতম্দো য়ৌরক্তি 'ক্বাও
হে সতী নহাক্
লমদম্ অসি থাদোক্থিনু।
ঙাইবা রাগনু, কূইররোই।

প্রাপ্তি—করেম্নরিবরা ঐবু কৃষ্ণ ?
উম্, য়েংথিনি, নোক্থিনি;
নংগী পোলোই, নংগী মৈচাক্
ইমৌৎ পেম্না য়েংথিনি।
হা হা হা … … … …

(প্রাপ্তি অঙাওবীগুম চেম্বোক্থি।)

কৃষ্ণ—অঙকপনি হে সতী!
থুংলনিদো নংগী তপস্যা!!
লৈরাংগা পাঙথক্লরিবা হুপীগী থম্মোই
মৈচাকী মৈশা লাংলবদা
থৌহু মুঙগুম কল্লেদো।

অস্তি—প্রভু!

কৃষ্ণ—রাগনু ইমা!
পুম্নমকসি শোয়কদ্রবা খোঙচৎনি
ঐনা শেমজবা সংসারগী।

ঙশুবা উৎপা

# লক্ষ্মী

(অবাবগী শক্লোন্ লোৱবা শাদানৃবা অমা চঙলব ।)

শাদানৃবা—ঙসি কোরৌ নুমিৎসি
ওম্বোক্লা ব্রাগ্রেদা হকচাংসে ;
ইচোক হেক চোকথৈ,
ময়েং তাই শাম্ম-পাঙ্গল ।
নিতিগী তোদবা ঙাক্তা
ঙসিগী নুমিৎ অসিদা
ফাওইনা ঐগী হকচাংদা
করি থোদোনো ঙসিসিবু ?
খোঙথাং-খোঙথাং থুদিঙদা
চিংনবা ! চিংনবা !!
মীৎ চোংঙি, পাম্বোম্ চোংঙি ;
করি থোক্লগবা হে ঈশ্বর ?
হে দয়াময়, থৌজানৃবিয়ুকো নংনা ।
ঐনা পাঙ্‌গে থনৃবা
পাঙ্‌ঙমত্রবা ঙসি' নোংজাদা ;
ইন্নুং তৈনা ঙানৃবদগী
তরা নুকোয় চারগা
তেম্দোং নমৃদা থোং,

লিরুং থুম্বা পায়
য়ারৌ শাদাল্লকপদি
য়ারৌ অমত্তস্থ শাহুদে,
পাম্বা অমত্তস্থ শাথেংনদে।
কত্রবা করম্বা থেক্ষমৃদা
মোংবা ইশাইকোন্দগী
ঐনা খোঙ্দোই হুল্লক্পা !
কোরৌ হনবা অঙানবা
নোংচুপ হারম্ পাংব্রে,
তাঙ্লৌ অস্থক্ থেঙল' ফাও
শাফা-ব্রাঙম তমদ্রবা ;
পোইরৈ কদোমদা খোঙদোইরগা
য়ারৌ শা থেংনগনি।
ঙসি কেরৌ হুমিংসিবু
শাফা ব্রাঙম তান্দনা
ইয়ুম লমদম পাংলদ্রা ;
ইনাই হাওস্থবীনা হংলগা
য়াব্রা করি চিঙ্গোইবা ?
থৌরৈতনা থৌথিবা
তাহুনা তোক্লগদ্রা ঐহাকপো।
হুম্, নিপামচাগী মপোকপো !
ঐগী পাইমা ব্রাখলনা
তৌগে হায়না নিঙপ্রবদকো

তোক্কত্রা তৌদনা নিংহন্নত্থনা,
ইন্নুংমকস্থু মমখিরোই,
কোরৌগী মশেক লৈখিনি ;
অমম্বনা মালেম কূপকদবা
য়ুথক অমা ব্রাৎলিনা।
ঙসি কোরৌ নুমিৎকী
ঐগী লাইবক য়েংখিনি।
লাক্লবদা নিপামচানবো
য়ারৌ'মত্তুস্থু ফাদনা
তয়াং-তশোই হনগদ্রা।
হুম, তাইওন্নরে ব্রাখল
তোয়না চোংঙি মীৎলুসে,
শাফা-ব্রাঙম তোক্তুনা
ইয়ুম লমদম মায়কৈদা
খোঙদোই তন্না হুনখিবনা
ফরগদবোইনা ঙসিসে।

( চৎকে তৌই। )

প্রাপ্তি—( মন্নুংদগী ) করিগী নিংহন্নরি শাদানবা ?

নিপামচা ওইনা পোক্লগা
য়ারৌ ফাবা ঙমদত্থনা
অত্থক নিংহন্ননা হনবদি
ফনা নোকনিংঙিদা ঐহাক্তি।

শাদানবা—কনানো হুপীগী খোজেলদা

লোত্তুনা ঐবু করেম্নরিবা ?
খোম্থাঙ তম্নকলিবী নহাকপু
নমু তাইবঙ মীরা ?
চীংঙ্‌ খোইয়ুম লাইরা ?
য়ারা নপাও শেংঙ্দা ।

( প্রাপ্তি চঙলকই । )

প্রাপ্তি—ঐনি ঙাঙলিবা থুপীহু,
নমু তাইবঙ মপোকনি ।
শাদানবা—করি নথৌ লৈদুনা
নংনা ঐবু করেম্নরিবা ?
প্রাপ্তি—করেম্নবা নত্তে শাদান্‌বা,
য়ারৌ ক্ষাবা ঙম্‌দতুনা
নংনা নিঙ্‌বা কায়বদো
ঐনা য়েংবদা থুংঙাইতে,
নত্তেং পাংগে হায়তুনা
ঐনা নংবু খাম্বনি ।
শাদান্‌বা—হ…পাঙল্‌ শোল্লবী থুপী !
তাংজবী উরীগুম্নবী নহাক্না
করি নত্তিক্‌ লৈহুনা
ঐগী ইত্তেং পাংগদৌরিবা ?
প্রাপ্তি—পাঙল শোন্‌বী থুপীনি হায়রহুনা
ঙম্‌লোই থন্‌গথু শাদানবা,
ঙম্‌গদবা পোমিং উহুনা

ঐনা নংবু থাম্বনি ।
নমাঙদা য়াঙনা চেল্লিবা য়ারৌ
তাংজবী উরীনা য়েংশিন্দুনা
নত্তেং পাংবা য়াওখিদ্রিবরা থক্ ?
থাজদবরনে নংবু করিমত্তা ?
শাদানৃবা—হায়য়ু অহুদি স্থপী,
করি করম্ ত্তোরগা
ঐগী ইত্তেং পাংগনি ?
প্রাপ্তি—য়াম্না লায়থ্রে মহুদি,
তরা চাকঙন্ চাহুনা
য়ারৌ শাহুবা লাক্পবু
শা অমত্তস্থ থেংনদবগী
পাইমা স্থংনাংবা নত্রা ?
নংগী স্থংনাংলিবহু কোক্লবা
শাগী লৈফমহু তাক্লবদি
নত্তেং পাংবা ওইরোইদ্রা ?
শাদানৃবা—করম্বা স্থপীনো নহাক্ ?
শাদানৃবা ঐনা থেংনদ্রবদা
নংনা থেংনৈ হায়র্বাসদি
য়াম্না ঙকৃনিংঙাইগী মশক্নি ;
চিংনরে নংবু ঐনা
ওইরম্মরোই নহাক্ নমু তাইবঙ
ঐবু ওৎকে লাকপরা

হায়য়ু নহাক নিয়ত্তিয়া ?
প্রাপ্তি—থাজদবা তৌগন্নু শাদানবা,
নত্তে ঐহাক নিয়তি ।
ঐনা অসুম্ কোয়রক্পদা
থেংনরম্মী শক্তি 'মা
যমুনা তুরেল্ তোব্ব'ান্দা ,
নংনা য়ারৌ শাহুদবগী
নিঙ্বা কায়বা উবদা
তাক্পিবনি নংবু হুংশিহুনা ।
নংনা শক্তিহু ফানিংলবদি
ঐগী ইতুং ইল্লকৃউ,
শাগী থোঙ্ন লীহুনা
তাকপিগে শক্তিগী লৈক্কম্,
নিশ'ন চুয়া থাহুনা
কাপচৌ শক্তিহু শিনবা ।
শাদানবা—হায়বিরিবা য়ারাহু অচুম্বরা দেবী ?
প্রাপ্তি—থাজদবননে শাদানবা নহাকপো ?
মীনম্বা ঙাওদে কদৌহুংদম্নু ঐহাক্তি ;
য়ারৌ ফানিংলবদি ইল্লকৃউ ইতুং,
থিরগা তাক্পিগে ঐনা শক্তিদো ।
থীল্লগন্নু শাদানবা, চৎলে ঐ ।
শাদানবা—ফনি, মাঙ থাবিয়ু দেবী !
ঐ নতুং ইঙ্গরকে ।

ঐগী ইমীংনবু উথ্রবদি
নাম্বোক্তুনা চেনবা ঙম্বগী
পাক্কল নৈররোই শজিদো,
শোয়দনা হাংলগদবনি ঐনা।

প্রাপ্তি য়াম্না ফরে শাদানবা
হাংপা ওইজোকো নহাক্না।

শাদানবা - দেবীগী শোয়ফদ্রবা আর্শীবাদনি।

(অনিমক্ তুংথ-মাংথ চংথি।)

## ঙশুবা উৎপা

# যমুনা মপান্

(শ্রীকৃষ্ণ চঙলকই। কদম্ অমগী মখোঙদা লেপ্লগা বাঁশী খোংই।)

কৃষ্ণ—আঃ অঙকপনিকো
মওঙ অমা ভোরবা
ঙসি ঐগী সৃষ্টিসে,
তাইবঙ খোঙচৎ হোংলবা!
ঐগী বাঁশীগী মির' সুরসে
তানিংলরোই কনা অমত্তা,
চেনশিল্লরোই হরাও-য়াকা অমৃতনা
মম্বী-মম্নাও কনামত্তা

কৃষ্ণ ঐগী ইনাক্তা,
থম্মোই ইথক্ হৌররোই
ব্রজ গোপিশিংগী পাইমহুংদা ;
শৈহেক্ত্রে কোকিলনা কুহু খোম্থাঙদা,
জগোয় শাত্রে রাহোংনম্নু ।
মমাংচাগী মতম্থুদা
শান্নরম্মী ঐনা রমনীশিংগা
পামেল কদমগী মখোঙদা
পুক্লিং হুরবী রাধিকানা
ওয়গী লৈতেং ওইথুনা
কালিন্দী যমুনাগী তোর্ব্বানসিগা
শরদ পূর্নিমাগী রাস লীলা !
মথং-মথং শান্নরকপনা
লোইত্রে মহাভারতকী লাঞ্জাও !
লোইশিল্লকলে ঙসি ঐগী সৃষ্টি
ঐ য়াওনা শান্নবা ।
মরূ ফংনা মাঙলনি
যদু বংশ ঙসিদি,
নোংথোংলৈমা পাম্বী থুদিঙ্না
যদু বংশ তুম্নবা
যমগী শক্তম লৌত্রে ।
ঙসি কোরৌ হুমিৎসিদা
লান্নুনি ঐগী পোলোই,

খন্নবি পুন্সি ঈচেল।
ইনে ইবেম্মা প্রাপ্তিগী
সতীগী কল্লবা অভিশাপ
থুংহল্লনি ওন্সি ঐনা ।
লোইরে ওসি যত্ন বংশ !

( মোমোন নোক্লহ্নুনা কদমদা ওাহ্নুনা কম্মী। )

প্রাপ্তি — ( মহুংদা ) উবরা য়েংঙ, শাদানবা,
কদম পামেলগী মখোঙদা
শক্তি অমা লৈরিবসে।

শাদানবা— ( মহুংদা ) অও, উরে দেবী ।

প্রাপ্তি - ( মহুংদা ) মসি নংনা ফাগদবনি,
নাম্বোকহংখিবা য়াদে অরেম্বদা
লিরী তেঙ্গা থোংহ্নুনা
কাপকদবনি ফজনা পান্নবা।

শাদানবা— ( মহুংদা ) শোইরোই করিমত্তা দেবী,
লমদম অসিগী শাদানবা
খুং-চুম্বদা হায়নরিবা ঐহাক্নি।
ঐগী খুংকাপ অমুক্তা
শোয়দনা শিরগনি শক্তিসি।
য়েংঙ, ঐগী তেনসে,
হু চেল্লবা হুওকী তেঞ্জৈনি।

প্রাপ্তি—( মহুংদা ) য়াম্না ফরে শাদানবা,
মহুমক্তা কাপলো শক্তিদা ;

উদরা ঙাংশং ঙাংলবা
শক্তিগী মনাকোং অসে
কাপ্পু মসি তম্না।

শাদানবা—( মন্থংদা ) য়েংবিয়ু দেবী ঐগী থুংকাপ।
জয় ভগবান!

( কৃষ্ণ তেম্না পান্দুনা তুই। )

কৃষ্ণ—আ…হ…মতম্ য়োরেদো

প্রাপ্তি—( মন্থংদা ) হা হা হা……
ঐনা নিঙবা থুংলে.
ঐনা লমন্ থুমলে।
হা হা হা………

কৃষ্ণ—উম, থুমগদবনি ইমা!
নপুরোইবা-নপা অনিগী
ঙসি লমন থুমলে ;
সতীগী কল্লবা অভিশাপ
ঙসি লেম্না মাঙত্রে।

শাদানবা—( চেনশিল্লক্লগা কৃষ্ণগী মখোঙদা তুদ্ধনা ) হে প্রভু!
তোল্লবগী চঙজক্ষম দয়াময়!!
চমন্নরে ননাই শাদানবা।
তোল্লবগী মমা-মপা ওইবা
হে ইবুংঙো শ্রীহরি
তোল্লবা ননাই ঐহাক্না
মপোক ফত্তনা পোকপনা

পাপ লঙশিঞ্জরেদো নফম্‌দা ;
হু চেল্লবা ঐগী তেম্না
ইবুংঙোগী শ্রীচরনদা থোগল্লবা !
আঃ তোল্লবগী মপোক
জগৎকী ভগবান প্রভু্‌বু
ইথুৎমক্না ঙসি হাৎলবা ?
মপোক-মপোক থুদিঙগী
নরক কোমদা তারনি। (কপ্পা)

কৃষ্ণ—নরাল লৈতে, কপকন্‌ু শাদানবা ;
মমাংচাগী মপোক্কী
নপা হাৎখিবগী লমন
নংনা ঙসি থুম্বনি ।
ঐগী ইনে প্রাপ্তিনস্‌ু
মপুরোইবা হাৎখিবগী লমন
ঙসি ঐঙোন্দা থুম্বনি,
নংবু থুৎলাইগুম শীজিন্নহনা ;
নংগী নরাল্‌ নত্তেকো
(প্রাপ্তি চৎলকই।)

প্রাপ্তি—জগৎ শেম্বা ইবুংঙো
হে ভগবান কৃষ্ণ !
ঙমজদ্রেদো মশামকপু কঞ্জবা
সতি ঐগী শাগুগী।
নংনা ইপুরোইবা হাৎলৈদা
ঐনা পিরাঙ শিন্দবগুম

যহ্ বংশগী রমনীশিং
মীকপ মীরাও ফংলনি।
ঐনা মহ্ য়েংগনি,
নোক্কনি হরাও-তয়াম্না ;
ঙসি কোয়ো হুমিত্তি
থুংলে ঐনা নিঙবা।
হা হা হা ... ... ...

কৃষ্ণ– নোকউ ইমা!
ঙসি পেন্না নোকউ ;
মতম লৈরিবৈঙে নোকউ
পেন্না, থম্মোই পেন্না।

প্রাপ্তি—নোক্কনি, ঐ নোক্কনি।
হা হা হা ... ... ...

( প্রাপ্তি চৎখি। )

শাদানবা— ( ফুক হোৌগৎলগা ) মুপী ! মুপী !!
নংনা মায়া তৌহনা
ঐবু নরক্তা লংশিল্লবা।
মায়া হৈবী লৌনম্বী
নিয়তি নত্তে হায়বকো ?
ঐগী ইফমদদি নিয়তি!
ঐবু মাঙনবা শীল্লিবী
মহামায়া নিয়তি!
আ: মীওইবগী মপোক অসিনা ?

পুণ্য তানবদা পাপ ,
থীনা লাকনৈদকো ঐবু
হে বিধি নহাক্রা।

কৃষ্ণ—রারুরগনু শাদানবা!
নংনা ঐবু হাৎপদি
পুণ্য ফংবদি ওইসনু ।
বিধিগী লাইয়ুমদা য়েকশ্রববু
কনানা ককপা ঙম্বগে।

শাদানবা—( থুরু-থুদক কৃল্লগা মথুৎ লোম্নহনা ) প্রভু!

কৃষ্ণ—চৎলো নিপা নয়ুমদা।

শাদানবা—করম্না ইবুংঙোবু থাদোক্তুনা ?

কৃষ্ণ—মুংশা থীগনু ঐগীদমক ,
থুনদা চৎশ্রো নহাক।

শাদানবা—আঃ তোম্নিদা ঐগী ইপোকসে ।

( শাদানবা তপ্প-তপ্পা চৎখি। )

কৃষ্ণ—ইতাও অর্জ্জুন , হো পার্থ!
নংবু কৈদা লৈবনো ?
লাওগবা মতম অসিদা
অমুক্তদি উম্নসি ঐখোয়'নি।

( অস্তি কপ্তুনা চেনশিল্লকই। )

অস্তি—মাঙলে প্রভূ,
হে শ্রীহরি দয়ানিধি!
করি মতৌনো তৌরম্লিবসিবু ?

চীয়োল্‌ হৈবা লৌনম্বা
পুক্‌চেল ফজ্রবা কনানা
ইবুংঙোগী সনা হকচাংদা
তেনগী থোগন লাংলমলিবা,
অমুবা কালিন্দী তোর্ব্বান্দা
ঈগী লৌথোং চেল্লবা,
করি ওইরনি সংসারসে
ইবুংঙো নংনা লৈত্রবদি ?
নহাক্না শেমজবা জগৎসে
অরেম্বদা তারগত্রনে প্রভু !
অন্নাবনা থল্লবা দৃশ্যসে
ঐ য়েংজবা ওমজদ্রে,
মীৎ তাওহনবিয়ো ঐবু।
হে ফজ্রবা তাইবঙ !
পেল্লো, নখোয় পেল্লো।
ভগবানগী অন্নাবা উরগা
কল্লক চাওবা নখোয় পেল্লো
অা ............( রাম্ববা )

কৃষ্ণ করিনো ইমা ?
ওঃ নহাকসু ঐগীদমক ?
কৃষ্ণ ঐগা লোয়ননা
বৈকুণ্ঠ য়োগে নিংলবোই
হে চাম্নবা মরূপ !

পার্থ নংবু কৈদনো ?
মতাঙ অসি য়োরবদা
নংবু কৈদা লৈবগে ?
লাকলো ঐগী ইনাক্তা,
পুন্সিগী পোলোই মতমদা
অমুক্তদি উম্নসিনে পার্থ !

[ ফিজঙ তপ্না-তপ্না হাইজিল্লকই। ]

---

লোইরবা।